# ঙসীনা ঙরাংবু কৌরক্লে

(ৱারী মচা)

খুন্দ্রাকপম রাধেশ্যাম
ওইনাংবম

নোংচুপ হারম খোরজে লুপ ( নোহাখোল )
য়ুরেম্বম

## প্রসিদেণ্টকী রারোল

নোংচুপ হারম খোরজৈ লুপ্না অচুম্বা, অফবা অমম্ভং ফজবগী পান্দমদ কুম ওইরগা শেন্দান লম্বী থাদোক্লুনা সাহিত্যগী পুক্কৈদা থম্মোই শেংনা ল মথেল কয়াগী ওইবা খুংইদা খুদোল তম্নবা ফিরেপ লৌজে। দম অসিগী মথাদ ঐখোয়গী মেম্বরশিংনা থা তরুক তরুক্কী ফোঙবা চেল" কৌবা চেফোঙদা খুদোল তমই। মসিদস্ত্র নত্তনা মেম্বরসিংনা ইরিক ফোংদুনা মীয়ামদ সাহিত্যগী মহাউ পীবগা লোইননা ঐখোয়গী পু মশক তাক্লবা হোৎনজরি। চংশিল্লুরবনিনা হন্দোক্লনবা হোৎনজুনতা রগনি। অস্তুন্না হোৎনজরকপনা ঙসিদি নোহাখোল লৈকোন্দা লৈরাং দি লৈশাৎ তমজরে। পুক্লিংসি নুংঙাইবনা হায়ফম খংদে! খুন্দ্রাকপম ধেশ্যামগী **"ঙসীনা ঙরাংবু কৌরক্লে"** হায়বা লৈরাংসিমস্ত্র লৈশাৎ বনি অমম্ভং মসিনা লুপসিগী তরাহুমদোই শুবা মশিংনি। ঙসিগী হিত্যবু নুংশিজবসিংদা লাইরিকসিবু শিন্নজরি।


গৌরো থোঙামচা

প্রসিদেণ্ট,

নোংচুপ হারম খোরজৈ লুপ,

য়ুরেম্বম।


উবুংখোক

-১১-৯৬

M.U LIBRARY
Date Entered
BY .........




২সুবা থুনম : খৃঃ২০০৬

অকোওবী : সান্তীবলা ( নোহাখোলগীদমক )

মশীং : ৫০০

কংফম থোকপা : অইবা

মমল : ১০০ লাইব্রেরী এডিসন

মখুম য়েকপা : মদয়চন্দ্রা, ভেরা

নম্ফম : বি,এস, প্রিন্টিং প্রেস, সগোলবন্দ রোড, নিংথা কৈথেল, এরিয়ান থিয়েটর মক

# অঙৈবগী ৱারোল

পাউদম্বা মখল য়াম্মী। পুক্লীং-লৌসীং ওঙৈবা পাউদম, অদুগা খংননবা, মুংসীনদনবগী পাউদম। সাহীত্য হায়বসী অফবা, সেমজীন সাজীন্নবা মওংগী পাউদম্বনী। মতম অমগী, থৌদোক অমগী, মীওঙৈ অমগী নত্রগা খরগী ঈতোপ তোপ্পা সক্তম, নত্রগা মগুন্দু অতৈদা পাউদমতুনা তম্বীবনী। ৱাম্না থোং নৌনা অদুগা নোঞ্জবা মওংতুমক্কী। পাউজেঞ্জবগী চপ চাবা ফীরেপ লেপ্পদু ঐ ঈসামক ওঙৈদ্রী হায়বা তাঙৈ। তুমীল লৈবদ্রী চুমলোঙৈ। অসীমক্কা ঐগী লাঙৈরীকসী পুথোকচৈ। ৱারী মচা ৱাহৈসীমক্কা চান্নবা, মীৎয়েং অমা নত্রগা অনী মতুংস্থ কুঙৈদনা য়েংলগা থোরকপা মমীতুমক্কী ঐগী ৱারী মচাসীংসী। লাঙৈরীকসীদা য়াওরীবা ৱারী মচা খরদী নোহাখোলনা পুথোকপা ঈচেল চেফোংদা হাপখ্রে। অমুক হন্না মীয়ামদা থমজনীংবদগী খরা সেমজীন সাজীল্লগা হাপচৈ।

বনালগী মতাংসীদী চাংয়েং অমখকনী। ঈরমদমসীনা পুথোক্তবা ময়েক, অদুগা ঈহান হান্না সীজীন্নবা মতমদস্থ অচুম্বা নীয়ম থমহৌদবা মতুনা ওসী ফাওবদা মপু লৈতবা কৈথেল সনগুম লৈরীবা ঐখোয়গী বনালনী। মরমসীনা বনাল চয়েৎনদনবা পান্থে অমা ওঙৈনা ঐগী বনালগী মওংসী ঈজবনী।

মীতৈলোন সাহীত্যবু লৈখোং সোমলীবা নোহাখোল, ঐগী ওজা শশীকুমার, ওজা ইবোয়াইমা ঈনাও নিংথোরেল অদুগা অতৈসীংগী মতেংগা লোয়ননা পুথোকচরীবা লাঙৈরীকসী খ্বাঙৈ মীয়ামদা খুন্দোপ্পরী।

অঙৈবা—

**খুন্দ্রাকপম রাধেশ্যাম**

ওাঙৈরাংবম।

তাং ৪-১১-৯৬

## ৱারোল অমত্তং

সাহিত্যদা ৱারীমচাগী মফম নিংথিনা লৈ। থায়নঙৈদগী লীনরক্লবা চাকওাইবারী, ফুঙ্গাৱারী কয়া লৈরবস্ত 'ৱারী মচা' হায়না মসক থোক্লবা সাহিত্যগী মচলসিদি অত্তুক হান্না ঙল্লিঙৈগী ওইরক্তে। ১৯ শুবা চহীচা অহানবা তংথাই মনুংদগী অমেরিকান অইবা ৱাসিংতন ইরভিংগী খুৎইদগী হৌরকখিবনি। অত্তুবু মওং-মরীন তারবা মচল অমা ওইনদি এদগার অল্লন পোগী খুৎসেমদগীনি হায়বসীনি। মথংদা হোথোর্ন, ও হেনরিন-চিংবনা হেম্বোইনা অমুক মপুং ফাগৎহনখি। ভারত্তদি ইংরেজসিংগী খুত্থাংদগীনি। মুন্সি প্রেমচন্দ, রবীন্দ্রনাথনচিংবনা ভারতকী সাহিত্যদা ৱারীমচাগী মফম সেম্লকখি।

নোংচুপলোমদগী চহীচা হেন্না থেঙথনা মনিপুরী ৱারী মচাগী খোঙহৌ লাকখি। ইং ১৯৩২ মে থাগী 'য়াকাইরোল' চেক্কোওদা সর্ব্বজিৎ মিংথোনবা অমগী 'য়ুমপানবা' হায়বা অমা ফোঙলকখিবসিনা অহানবা ৱারীমচানি হায়বসিনি। অত্তুবু ইং ১৯৩৩ নবেম্বর থাগী 'ললিত মঞ্জুরী পত্রিকা' চেফোঙদা দাক্তর কমলগী 'ব্রজেন্দ্রগী লুহোংবা' ফোঙলকপসিনা হেন্না চুসীনবা ৱারী মচাগী মশক্লি হায়নরি। মতমসিদগী চহী তরা হেন্না থেঙথরবা ইং ১৯৪৬ তদা মনিপুরী ৱারীমচাগী অহানবা লাইরিক থোরকখি (রাজকুমার শীতলজিৎকী 'লৈকোম্মুংদা' অমস্তুং 'লৈনুংশি')। অমুকস্ত চহী তরারোম চোম্থরগা রজনীকান্তনচিংবা থরগী, অত্তুদগী অমুক্কস্ত চহী তরারোমগা চথরক্লবা তুংদা ৱারীমচা ইবসিংগী খোঙবু অসী চোং-থোরকখি। অনৌবা পুন্সিগী মশক, সমাজ থেংনরিবা সমস্যা কয়াগী হীরমদা খুৎ থারকখি। (বিনোদিনী, প্রকাশ, কুঞ্জমোহননচিংবা)। মসিদগীদি মনিপুরী সাহিত্যদা ৱারীমচাগী ঈচেল অমা লেপ্তনা চেম্থরক্লি। (১৯৭৪ দা কুঞ্জমোহনগী 'ইলিসা অমগী মহাও' কৌবা ৱারীমচাগী লাই-রিক্তা ভারতকী সাহিত্য একাদমী মনা ফংলকখিবদগী ঙসিফাওবদা ৱারীমচাগী লাইরিক মাপলদা মনা অসী ফংলে)। লেপ্তনা হেন্না মনুং হুমজিল্লবা সমস্যা, মুংগী ওইবা মুক্লরিবা ৱাথোক কয়া অমুক্কা হেন্না হকচীন্না থিত্তুনা, পুথোক্লুনা নৈনরক্লি। অনৌবা খুৎইগী মশক কয়া থোরক্লি। তসেংনমক ৱারীমচাগী খোঙজেল অসী অনৌবা ঈথক ঈপোমগা

লোয়নন্না মনিপুরী সাহিত্যদা মফম চাউনা কন্‌না ইতিল্লরিবা অমনি। অসীগুম্বা ঈচেলসিদা মফম তাল্লক্লিবা ৱারীমচা ইবা অমনি শ্রীখুল্ৰাকপম ৱাধেশ্যাম।

'ঙসীনা ঙৱাংবু কৌরক্লে' হায়বা ৱারী ঙৱামাথোইনা পুন-সীনবসিমক অইবগী অনীশুবা ৱারীমচাগী লাইরিক্নি। ইং ১৯৯১ দা 'ইশং কারবা নূং' পুথোকখ্রে। ৱাধেশ্যাম উপন্যাস, শৈরেংনচিংবগী লাইরিকসিং ফোঙখ্রবা উপন্যাসকার অমসুং কবিশুনি। মহাক্কী ৱারী মচাশিংগী মপুংদি ললোনবগী ললোনপোৎকুম্নবা মপামচাগী মরীদা মপাগী লমচৎনা মফৎলক্ত্রবদা অফবা মচাবু মাঙহল্লক্লবগী মরম, মসিদগী কন্নবা মপাগী লমচৎ সেমদোকপগী তঙাইফদবা; ফিবমচাদ্রবা মচাবু তাথী তাওইনা তৌবীরিবা মপাসিংগী মায়োক্তা প্রতিবাদ, মচাবু ফিবম চাহন্দবগী মরালসিমক মপা মমাননি হায়বা; মমা মপাগী অনীংবগী মায়োক্তা মসাগী পামজবতনা নমহন্না লাকখিবা মচানা মমা মপানা মচাগীদমক হোৎনখিবা, খনজখিবা, থাঙখিবা, থাদোকখিবা পুম্নমক খঙলকপদা থৌরী য়ান্দুনা শিরবা মপাগী ঙক্তা থুরম্বা থৌবী কোঙ্গোই-তুমক মহাক ওইরবোই খল্লকপা; সম্বলনা মন্থরক্রবদা চংলকপা সল থিংবা ঙমদবগুম মপুরোইবনা নিংথীনা ঙাক-সেনবীদ্রবী নুপীগী লমচৎ ঙাক্লবা সম্বল নিংথীনা সেমজিনবগী তঙাইফদবা; সকখঙহোদ্রবা মমাগী মসক উজনীংবনা খোয়রাংজরবা মচাগী থম্মোয়গী ঈথক-ইহুল; মনাওনুপা অমসুং মনাওনুপাগী মচাগীদমক অসেংবা মিন্নুংসিগা লোয়ননা হোৎন-জখিবা অমগী থৌদাং; ১৯৯১ অগস্ত ১৬ কী থোদোক্লা দাগফম থম্মবা থাঙজীং চীংগী ৱাকৎ; জাতিগী অসেংবা নাৎকী সক্তম ঙাকচনীংবী অমগী খোয়রাংবা; গমলাদা ফাজিন্দুনা থারম্বা খোংনাং পাম্বী অমগী পুন্সিদা মীথা থাহনা লেপ্লিবা পুন্সি অমগী ফাদোক তামিন্নবগী মশক; অচুম্বা চৎচবসিংগী মফম লৈরক্তবগী লম্মুক্রবা; পৈসাতগী মিহৌবদা মীওইবগী অসেংবা ধর্ম্ম, মিন্নুংসি, মমল লৈরক্রবা, ধর্ম্মবু হুরাল ললোনবগী মায়খুম ওইরকপা কয়াসিনি। সাফু লৈরবা ৱারীমচা কয়া য়াওরি। 'ফাদোক' হায়বসিমক থোইদোকপা অমনি। ৱারোইসিন্দি ফাদোক

নত্তে ফাদোক্কী চেকপল থুগাইবনি। গয়াদগী খোংনাংদু পুথোরক্লগা লম্বী নাকলগী লমজাওদা থাদুনা মনিতোন্না 'ঙসিদগী ননীং তম্না হৌরো। নঙোন্দা ননীং তম্বা পীরবনি।' হায়দুনা অনকপা খোংবান্দগী ঈসিং খুজোক চাইবিরিবসিমক কান্নবা পাউজেল অমনি। অসুম্না 'থৌরী কোঙ্গোঈ', 'মল্লবা সম্বল' ফজহল্লি।

ৱারীমচাগী থোইদোকপদি অকরুবা সাফু অমা পীবা ঙম্বসিনি। অইবগী ৱারীমচাশিংদা সিম্বোলিক ওইবা ইমেজরি কয়া সীজিন্নৈ। মসিংগী ওইবা ইহুল কয়াগী মসক নৈনৈ। অচুম্বা, ধর্ম্ম, মিন্নুংসি, মীওইবগী অসেংবা মমল থিরকপগী খোঙচৎনি। মসিগী মায়োক্তা চত্থরিবা সমাজসিগী মায়োক্তা প্রতিবাদ য়াওরি। থাজনা সাগৎচরুবা, থাজরুবা কয়ানা অৱাবা, নীংবা কায়বগী ভিক্তিম ওইহল্লকপা; হোৎনজমন, নীংজমনগী ওন্ন-তৈনবা মহৈ ফংলকপা, লোইখ্রবা তুংদা খঙলকপা মসক্কী নীংবা কাযবা কয়ানি। ওন্ন-তৈনবসিনা অইবগীদি মায়পাকপগী লম্বী থিরকপগী অকনবা পাউজেন্নি। ৱারীমচাগী জগত্তা তোমথীল ঙাল্লিবা মৌপৱাসান্তুসু অরোইবদা অৱাবগী পংথৈ অমদি থমখি হায়বসিনি। রাধেশ্যামগীসু অবাবা, কাযনবা কয়ানা ইথিল পীদুনা মীওইবগী অসেংবা ধর্ম্ম, মিন্নুংসি, মমল অমবু থিরকপগী পাউজেন্নি।

নম্বলমপান

১৯৯৬ নবেম্বর ৩ লাঙ্গোন ইবোয়াইমা

## য়াওফমগী লামায় তাকপা



* * *

# ললোনক্ষম

চংকদবগী মাঙ্গোল ফাওবা থোকউরবা চাউবত্থু অমুক হনজীল্লকঈ। লাঈরীক ঔরাঈরীবা মোবীদা হায়—"নংগী লাঈরীক ঔরাঈবত্থু চাক তোল্লুগা ঔরাঈরো। নমাগা ত্থুকান্দা খরা লৈমীন্নরুচো। ঐ ঈপান থাবা অমত্তা য়াওরুগে।" মখোয়গী ত্থুকান্দু কোম্থোং ময়াদা লৈবনী। লৈকায়গী লম হেনবা অঙাংসীংনা করীগুম্বদা হুংনা থারকপা য়াওঈ। চাউবদা য়েংলগা মোবীনা হংঈ—"থোং লোনসীল্লগা লাকপস্থু য়াবা নত্রো বাবা?

ঃ য়াদে। পুং মাপল ফাওবা লৈগদবনী। নমাদনে, মখোয়না হায়রকপা মমলদগী খরা তানা পীখো হায়য়ু।"

চাউবনা হুমীৎ খুদীংগী ওঈনা য়াচংবদগী হুমীদাংগী পুং মাপল তাবা, ত্থুকান থোং লোনবা ফাওবা ত্থুকান্দা সোয়দনা ফম্মী। মতমসীদা চাউবনা তৌরীবা থবকসীং লৈকায়না, খুলনা খংনৈ। অঙাং ওঈনা মোবীস্থু তারে। থম্মোঈদা হুংঙাঈজদে। মচানা মপাদা ওঈনজবগী মওংদা মোবীনা হায়—"অত্থুগুম্বা থবক্তু তোল্লুসীদা। মীনা পংঙাংদা ঙাংনৈ। ঐঙোন্দস্থু মীনা লক্করবনি।"

: বা মথা তান্নু। লাঈরীক্লুহুম লোয়সীল্লগা নমাগী মনাক্তা খরা থুনা চৎলু। ঐনা তৌরীবা পুম্বসী করে খন্দুনা তৌরীবনি। অঙাং নংগী নথৌ নত্তে। ঐঙোন্দা অওৎ-অপা সারক্কনু।" চৈরম্নগা চাউবত্নু থোকখ্রে। অসীগুম্বসীনা তোপ তোপ্পা সক্তম অমা তাহল্লোঈদবা নত্তে। মসীমক্তী চাউবনা খংলমগদবা মান্দে। লাঈরীকসীংত্নু লোয়সীপ্লগা চংলে। সোবীতানা মাবু লাঈরীক ঔরাঈহনবনী। লাঈরীক লোয়সীল্লে তাক্লমদ্রবদী হোরেল চৈগনী। বাফমত্নু তারগা সোবীতানা হায়রকঈ—"নং লাঈরীক অত্নুম ঔরাঈরুরো। ঐ চাক থোংন থোংনা ঈনম্মগী মনাক্তা চংকে। চাকস্নু লোয়দোরে।"

পুং ৮-৩০ অত্নুরাঈদা মখোয় লৈকায়গী ঈবোবীগা সুবোলগত্নু তুকান্দা চংলকঈ। মাং থারকপা ঈবোবীনা হংলকঈ—"ঈতৈমা তাচাউবা লৈব্রা? : লৈতেনে। করী হায়দোবা লৈগে?"

অত্তে মীদদী হায়নীংদবা, চাউবদতা হায়নীংবা বাফমনী। খুমদবা য়াদ্রত্নুনা তপ্না হায়—"বারী অমত্তা সান্নগে ঙৌবনী।" লৈথোকখ্রগা সুবোলগা মবানী লোম্না বা খরা-ঙাংনৈ। মবানীদা য়েংলগা সোবীতানা হায়—"ঐখোয়দা হায়রম্বা য়াবা বারী ওঈরগনা হায়বীরম্মু। তাচৌদী ঈপান থাবা চংখীরনী। থেংনক্কনী।"

বাসী তাবদা পাখংলবগুম্না ঈবোবীনা হায় "য়ারে। হয়েং ওঈনা উন্নরগে।" মবানীমক চংকদ্রবগী মায় লৈথোকঈ। অত্নুবু সোবীতানা বা মখা তারকপদগী অমুক ওনসীল্লকঈ। সোবীতানা হায়—"বারৌনবদী য়াদে। ফীন্নুংদা ময়োম য়েম্লগা তুকান্দা লাকপসী তোকহল্লনীংঈ।"

সুবোলত্নু মসাগী হকচাং ওঈথংবা নাকন্দা লোম্না হাঈফেৎ য়েংলগা মখুৎ ওঈনাত্নু মসাদা নপসীল্লী। মনম্মনা সোবীতাবু খাম্মী। লৈসাবীনা অসুম্না, ঙাংহল্লীংদে। সোবীতাদী থোঈনা থৌসাদে। বায়মসীগী মত্মাংদা চাউবগস্নু মমাংদা মরৈ য়েংনক্কনী। ঈবোবীনা ঈকায় থাংলত্নুনা খুম্মী—"নবুং চাউরন্না পুরকউ হায়রগী পুবীরকপনী। নবুংগা হান্না ঙাং-নৌক্কো।

: তাচৌনদী তাদখোয়না পুরকপগী লৌবনী হায়দা।

: নবু কনথংপানী বাঙালী ভাংলকনু, সোবীতা।" মনম্মনা, অমম্বু থাম্লকঈ—"লংব জেকওমী। মখা তারবু। মসী ভাংনবগা ফজরম্বো।" মনম্মদা ওনসীলগা সোবীতানা হায়—"ঈনম্মা, পাখংবনু। লৈকায়গী ঈরুংসীংনী। অক কক্ত তাম্নবনী।" ঈবোবীদা অমুক ওনসীলগা হায়— "অদুদী তাম্না ঐ বা অম্না হুংজগে। মাক্লেম্মসীদা য়েনবীগা য়েরুমগসীবু করম্না হাম্না সেমগীরমগনী, খনবীবগে।"

ঈবোবী খুমদে। সোবীতানা মখা তাঈ—"রাফমসী লৈখায়, তাবদ্রা, তাম্ন খোয়না, লানবা, ঐখোয় তাচৌনা, লানবা, অরানবা মীসক থোরকনী।" ঈবোবীনা হাঙ্ঈফেংং খল্লগা খুমী—"য়েনবীনা হাম্না সেম্নগা য়েরুম কোক্রবপা সোযদনা ওঈগনী।"

সুবোলদা ওনসীল্লগা সোবীতানা অমুক হংঈ—"তাদদী করম্না হাম্না সেম্মগনী খনরীবগে?

: য়েরুম হাম্না সেম্নগা য়েনবী ফারকপা ওঈরমদো মাল্লী।"

ঈবোবীনা সুবোলদা ওনসীল্লগা থংনবগী মওংদা মরৈ য়েংলী—"অদুদী য়েরুমতু কনানা কোল্লগা যেন ওন্দোরীবা?

: য়েন্দুদী য়েরুমদগী ওল্লকনা কদায়দগী লাকদোরীবা, তাঈবোবী?"

মবানীতু য়েনবীনা হাল্লী, য়েরুমনা হাল্লী, হায়দুনা ভাঈহাক্তী মরৈ য়েংনৈ। য়েংনরীবতু থাম্লগা সোবীতানা হায়—"তাদাখোয়না য়েংনবীবতু, ঐখোয়গী খুনাঈসীদা তে য়না থোকলীরা রাফমনী। মরু ওঈনা ঈসাগী ঈরাল্লতু মীঙোন্দা থংজীন্নবদগী খোরকপনী।"

মতমসীগী সেঙ্গা থুমজদা সরুক য়াবীবসীং, নেসাগী, বাথোক্তা চেন্নরীরসীং, মহৈ তম্বদা সোয়রকপাগী থোবুসীং অমদী অতৈ অতৈগা মাং-লক্লীবা, সোয়রীবা পুম্নসীগী হোৎরকরুমদা য়েনবীগা-য়েরুমগা অনীসীগী রাফমগা অমত্তনী। রাফমসীমক সোবীতান মবানীদা হায়নীংলবনী। অদুবু পুক্রীং চংলোঙ্গদবা উবহৃদা হায়দ্রে। অম্বুমদী হায়—"তাদা মীরক্তা লৈবা, ঐখোয়না মীঙোন্দগী মুম্লগা চানবা হোৎনবা, অদৈকনা, চকো য়েংহন্দুনা থম্বগী অফবা ওঈদৌ মান্দে। রাফমসী ঐখোয় অচৌবদস হায়বীযু"

মথা তানল্লে। মবানীহু কুঙ্গনা পঙ্গনীংদবদগী অহুম্মক চংল্লে। সোবীতাদী পুক্লীংদা হল্লাওঙ্গ। হুয়েংদগীদী চাউবস্থু ভাব তারকপা য়াঙ্গ।

চেল্লীবা ঈসীংবু লৈবাক্কী পলনা থীংবা হায়বসী কুঈবা য়াদে। খঙ্গীক্তা ওঙ্গরবস্থু য়ুঙ্গ। মসী চাউবদস্থু অহুম থোকঙ্গ। সোবীতানা ফনা কয়া থীংহুনস্থু মসাগী পামজবদগী চাউববু লাপথোকহনবা ঙমদে। সোবীতাহুম হুকান্দা চংহন্দে। মোবীস্থু সোবীতাগা বাখল ম'মৈ হায়বগী হুকান্দা তোয়না চংগস্থু হায়।

নোংমা চাউবনা মোবীবু পুবক্লগা সোবীতাদা হায়—"নংনা লাঙ্গরীক ঔরাঙ্গবদা মসী খরা য়াওহল্লু। লম হেন্দোরীবা অঙাংনী। ঐনা হল্লক্ত্রীবা ফাওবা চংথোকহনগন্থু।

: কৈদৌরম্নবগে ?

: সেনেমা তীকেৎ কালাবজার তৌরম্নীবনী। কুঙ্গরবনী তাবা। মসীদস্থু নত্তনা তাবদা ঈকায়বা থবক কয়াস্থু তৌরে হায়নৈ। চৎকে তৌরবদী কৌরকউ। ঐ হুকান্দা লৈগে।" হায়রগা চৎখী। সোবীতানা মোবীদা হংঙ্গ—"তাচৌনা হায়রম্বহু চুমব্রা ?

: চুম্মী। বাবানা তাদবা থবক কয়াস্থু তৌঙ্গ।

: অহুগুম্বা থবকসীংহুনা, লাঙ্গরীক তম্বদগী হেন্না মরু ওঙ্গরব্রা ?

: মরু ওঙ্গ। ঈনেদি ঐনা তৌরীবসী য়ানীংব্রা ?

: করন্না য়ানীংদোঙ্গনো ? অফবা থবক নত্তেনে।

: ঐনা হৌজীক তৌরীবসী হুয়েং চাউরগা বাবাগী মতুং ঈনবা ঙম্নবনী। ব্রেম্নীংনী।"

সোবীতাহু চীংনবা পোক্লে। মোবীনা মথা তারকঙ্গ—"ঈনে, ঐদী বাবাগী ললোনফমনী। সেন ফংনবা হোৎনবনা ঐগী ঈহান হানবা ঈথৌনী।"

বাফমসীদা অচুম্বা য়াওরী হায়বসী সোবীতানা খংঙ্গ। অহুবু অচুম্বসী মোবীগী পুক্সীদা তুং কোঙ্গহল্লীংদে। হায়রকঙ্গ—"তাচৌগী থবকসীংদা নংগীস্থু পেন্দবা লৈরে হায়বসী ঐ খংঙে। নংদা নত্তে ঐস্থু ঙসী ফাওবদা তাচৌগা মরৈ য়েৎনহুনতা লাকঙ্গবনী।

ঃ মানা অসুম ওয়্লগদবা ওঈয়বদী ঐনা হৌজীক তৌরীবসী অচুম্বা লম্বীদা চৎপা কৌরোঈত্রনে ঈনে ?

ঃ রাফমসী বাহৈ ৫, ৬ না অচুম অরান লেপ্পা য়ারোঈ। নংসু লাঈরীক পারুখো। ঐসু পাথীগে। ওাঈহাক লৈরগা ওাংনসী।" মোবীনা চৎপা হৌরকপগীতুদা হায় — "তাচৌনা মাগী থবক্তা মায় পাকপত্নুনা নংনা লাঈরীক্তা মায় পাকপদগী মীয়াম্না ঈকায় খুম্নবদা থক হেন্লোঈ।" মোবী থোকখ্রে। চাউবগী থবক্তা লমফৈননা চৎহনবা হৌরক্লবা মোবীগী পুন্সীতু সোবীতানা খল্লকই।

নাকন অমদনা মতমগী চৎনবীনী। নাকন অমদনা ললোনফমনী। মমাংঙৈদা মুপা পোক্লবদী খুৎকন পাঙল্লী হায়বনচীংবগী হরাওনৈ। তরুক্নী ঈপান চাউনা পাংখোবঈ। ওসীনা মুপা মুপী ফংফম থোকপা মায়রে মতাগুম চপ মান্ননা ললোনফম মচা অমগুম্না পাংথোক্লরে। চাউরকঈ, চাউম্মী, বার্দ দে তৌনী, নাত্নুৎ-নারেং, লুকোকপা কয়া ললোনবা য়ানবা পরেং সানা পাংথোক্নী। লুহোংবগী মতাং লাক্লবসু নমতুনা পাম্বৈ অমা তৌরগা লুহোংগনী। ললোনফমনী। পুন্নমকসী মোবীদসু থোকখী। থোক্লক্ননী। মরমদী চাউবনা ওসী ফাওবদা সেন তানবগী মরমদা অচোপ অরেম থমত্রী। মরক মরক্তা মোবীবুসু অসীগুম্বা থবক্কী পাউ পুথোক পুসীন তৌহল্লীবনী। মাগী মও তুদা মীয়াম্না নোক্লবতু চাউবদী নাচুংবীদে। কনাগুম্বনা মোবীবু সেনফুগী মচা হায়তুনা লক্লে। খুইদগী সাথীবা চৈথেংদা সোবীতানা নত্রগা মোবীনা সেন পীযু হায়কবদা খুম্লকপা চাউবগী পাউথুমতুনী। করীদা শীজীন্নবনো কুপথনা হংলগা সেন পীগনী। অতুগা হায় — "লেম্মগদী হঞ্জীল্লকউ। নখোয়সুনে নসাগী খরচ ফাওবদী নশানা তাঞ্জবা য়াববনী।" বাহৈসী সেন পীযু হায়কবা খুদীংগীনী। অমবোমদা মোবীগী থম্মোঈবু মচু সংবদা চাউবগী তুকান মম্নুংগী লোনচংতু চীংথবা য়ারোঈ। অহোংবা মমলদা য়োম্নবা পুরকপা চেং, থাও, চীনী তংখায়মুক্তী মাগী তুকান্দা চংলকপা ওাক্তনী। লৈকায়গী পোৎ মুনবা নহারোলসীং মাগী খোংবুনী। চেংফুদগী চেং, কোৎতগী ফৌ কোৎপা ওম্বা মীওঈসীংতু মানা পুক্লীং থৌগৎপা ওাক্তনী।

হৌরকফম্না অমদগী হেক্তা ওঈরবসু মৈনা মৈরী ফনা চাক্লবদী থেংনবা নম্রগা মনাক নকপা পোৎসীং চাকপা, মৈসা লাংবা হৌনসানী। থাংগ্রবা খোংথাংগীদমক তুং হন্দুনা তকসী সোনবগী মহুৎতা মাংগী খোং-দাফম য়েংলগা চেকসীনবনা চুম্মী খন্দুনা সোবীতাদু মোবীগী কাদা চংলকঈ। মোবীনা লাঈরীক পাবা লেপ্লগা হংলকঈ— "ঈনে, ঐগী বাখলদু চুমব্রনে ?

ঃ নংগীদু অরানবদী নত্তে। অত্তুবু অচুম্বনী হায়নদী খল্লোঈদবনী। নংগী পুন্সীদা থবক ওঈনা ওন্থোক্কেসু খল্লোঈদবনী।" থৌনা হাপকৎপগী মওংদা মখাস্তু তাঈ —"লাকও, তাচৌগী থুকান্দা চৎসী। থৌনা ফনা তাচৌদা নংনা হায়য়ু। ললোনবগা ললোনপোৎকদী নকুবা মরী লৈনৈ। মীওঈবগী মরীদসু মচাদী মপাগী মমীনী।"

তাং ৩০-৬-৮৯

# মরাল

নোংলৈ নুংসীৎ সীৎলীবসী ঙসাঙ্গী নুংথীলদগীনী। হৌজীকসু হান্নগুম্না অতুম সীৎলী। একাসীনীতু নোং যুবা মাঙ্গোন্দুদা মথন্তা মুকুম মুকুম সোল্লী—"সীৎসু সীৎখ্রেদকো নুংসীৎ নংসে। যুবা য়াবকা ওঈরম্লবদী খুৎসী পেন্নবা ফংগবু।" পুক্লীংদা অসীৎ-অরাম্বা, নোংজুথা অনীসী য়াওদবা য়ারদী ফনী থল্লী। ঈমুংদা চংলগা ঙসাঙ্গী ফমুং থরা কনগদবা অমগী মথাদা বোরা থারগা হীপহল্লীবা মচাসীংতুগী মথক্তা খুৎনা মারগা নোংনা চোৎপ্রা য়েংঙ্গী। অমুক খোরক্লগা চাউথোঙ্গীগী ফমুং ময়াদা লেপ্লগা কৌঙ্গী—"চাউথোঙ্গী, নংবু কাংখদা হীপ্পনে। য়ুমসী তেক্লক্লা নথ্বনী।

: করীসু তৌরোঙ্গীদা ঈমা। পাখৎকনু।

: করীসু তৌরোঙ্গী হায়বতু হায়নুদা নংবো। যুমসী লৌতাংসং অমনবগা মাম্নরবনীনে। নুংসীৎনা মরোল অমা কন্না সীৎলীবা, য়ুম্না মরোল অমা ফত্তবনে; ঈমাদী লৈফম থংদ্রে।

: মীনা লৈনরীবা য়ুমবু তেকপা হৌনদেদা ঈমা।
: মুংসীৎনবু মী লৈবা লৈতবা য়ুমনী খংগদ্রাও? ফত্রবদী তেকএদনা। নোংদী য়ুদ্রা নংগী ফমুংসীদো?
: করীগী য়ুদনী। নোং য়ুদবা নাকন খল্লগা হীপ্লীবনী।"

মমাংথোংগী হুমাঈদু পুনা হাপ্লমত্রমাল্লে 'গম' লাওনা য়ৈসীনবগী মখোল থোকই। থোং লোনসীন্নবা একাসীনীদু হৌগৎলী। থোংজীন য়োবদা, ধোনোনা মুমাং মতোন্দা মতোমতা ভাংলীবদু তাঈ—"মুংসীৎ, মালংবাও, ঐ য়ুম য়োরে ঈল্লকঅমু।" মরোল ফাঈনা ভাংলগা মখুৎ য়েৎতু তুংলোমদা খৎতোকঈ। মুংসীৎতু হনখ্রো হায়বগী মওংনী। মখা অমুক তাঈ— "নংনা কম্না সীৎপসীদা মুমাংকসী থোক থোক নোম্মেনে।" খুরু খুদক সন সারতুনা চৎলী। ভাংসু ভাংলী—"মাঙ্গোল দারীতুনা কদোমদা লৈথ্রবজাৎনো? মতুসু মুংসীৎনা হুমদোকথ্রবজাৎলা?" মাতুনা থীরগা মাঙ্গোন্দা কাখৎলে। য়ুমথক্তগী য়ুরকপা নোংনা চোৎলবা লৈমায়দু থেংনবদা হায়—"করী মথৌ লৈতুনা মাঙ্গোলসীদা ঈসীং হৈদোকঈনোনে? ঐবু তুনবা একাসীনীনা থওঈনা হৈদোকঈনী?" মনাক্তা য়েংতুনা লৈরীবী একাসীনীনা তপ্না হায়—"নোং তারবদী ঈসীং য়াওবা তাবা। য়ুমথক হোরগসু মসানা নোং য়ুফম থোকপা। মসী লাঈনা ফাওবা খেৎতোকপা ওম্নরোঈদবা নীয়মনী।"
ধোনোদু খংলপ তৌঈ। হায়রকঈ—"আঈঃ নং লৈরগা ওসাঈনা 'ঐ লৈয়ে' হায়রকপা য়াদ্রো? নত্তে নংবু ঐ হল্লকপা ভাঈরীরো? ওন্থোক্লসু বাঙ্জেদকো?
: ভাঈরীনী। ওসী নংগা উম্নদবা য়াদবা মরম লৈ।"
ওসাঈ চৎলমদাঈদা সেন ফংলনী, সোয়দনা পীনী বাসক্লম্বনী। ধোনোদু য়ু ভাওবা হেনগৎলকঈ। মরোল লৌবা য়াদবমথৈ খোঞ্জেল ফাঈনা ভাংলকই—"ঐবু ফমুং ফাওবদং সম্মু।
: ঈমুংদদী নোংলৈ মুংসীৎসী লমহাংগুম্না কম্না সীৎলম্মোঈদা।
: হাঈ, ঈসাসী হাঈবনা চৎপা ওমত্রে হায়বানী। খোংকসী থাংবা থোক্তেনে।" মখুৎনা কোঈমা মারকঈ। মসাদু লেপ্না ওমত্রবগুম

লেকথরকঈ। থোংজীন ময়াত্তুদা হীপচীল্লী। একাসীনী থোঈনা থৌসাদে। ধোনোনা হায়— "ঐবু অমুক্তা হাম্না পুসীল্লুনে, মুশী নংবো।"

একাসীনীত্তু চংসীল্লকঈ। মাবু পুসীনবীগদবোঈ নীংত্থনা ধোনোনা হায়— "ঐ য়াম্না ৱারে। তুম্মগে। ফমুং ফাওবদং সম্মু।"

একাসীনীদী ধোনোগী ফুরীৎখাওসীংত্থু হুম্নগা সেন থীরকঈ। ধোনোনা একাসীনীগী খুৎতু ফারগা লাউরকঈ—"ঐবু পুসীল্লু হায়রগা ফুরীৎখাও হুমলীবা করীগীনো?" মতুং তাবদা একাসীনীনা তৌরক্কদবত্থু খংবদগী ধোনোত্থু হাঈরংননা মাগী ফমুং য়োনবা চংলে। ফমুংদা মারগা হায়— "ঐগী ফমুংদা অচোৎপা ফী থমলীবসী করীগীনো? নং ঐনা সাউনবা থবক ঙাক্তা তৌরেনেকো?

ঃ নোংদা তাঈনৌও। ঐনা নত্তেয়ে।

ঃ নোং য়ুরে খংলবদী ফীসীংসে লৌথোকপা য়াদ্রো?" অচোৎপা ফীসীংত্থুদগী খরা কংবা অমা খল্লগা খোংগ্রাওত্থ হোংদোকঈ। ফুরীৎস্তু লৌথোকঈ। লৌথোরকপা ফুরীৎ, খোংগ্রাওগী খাওসীংত্থু হুম্নত্থনা একাসীনীনা খুম্নকঈ—"নংদী ঈমুংগী অৱাৎ-অপা কযাসী নো.মতা নসানা থংনা য়েংসীনবা য়াওখ্রবনে?" সেন য়াওরমত্রবদা হায়রকঈ—' ওসাঈ চৎলমদাঈদা সেন কংনী হায়রম্বত্থু পীরো কদায়।

ঃ হয়েং পীরগে। হৌজীক্তী ঐ যাম্না তুমনীংঙে।" হায়রগা মোম্পাক্তু মথক মখা ওন্থোকঈ। নোং যুদবা নাকন্দা কোনসীন্দুনা হীপ্নী। নীংথীনা তুম্নবগুম নাখোকঈ। একাসীনীনা ধোনোগী মদা নোম্নগা হায়— "নাখোকসীম্নমুকো। সেনত্থু ওসী পীদবা য়ারোঈ হায়রীবসীনী। হয়েং অযুক্তী ঐগা উম্নদনবা থৈত্থনা চৎশ্রনী।

ঃ পীগদবা ঐনা য়ারোঈ হায়রদী উপায় লৈত্রে। চৎলে। ঈনাক্তা মখেল লাংলম্ম। তুম্মুরো।" মোম্পাক্তগী কোক্তুং থীন্দোক্লগা হায়। অমুকস্তু কোক্তু খুমজীনখী। একাসীনীনা মোম্পাক্তু চীংথোক্লগা ঙাংঈ—"নংদী নবুক থল্লগা লাকপা ওঈরীনীনে? নাতোমতা নবুক থল্লগা ময়ামসীম্মু মবুক থনগত্রাও?

: অথংবা কনাদনো হংলুরো ঐদী খুম্বা সংত্রে ।

: ঙাওসীন্নবনা কান্নপোৎ নত্তে। সেনতু পীরকই হায়নীবদন্না।" থোনোগী মসাদা মারকঈ। একাসীনীবু ঈম্থোক্লগা থোনোনা হায়— "নংবু চৎলোমী। ঙসাদী সেন য়াওত্রেবা।

: য়াওদবা য়ারোঈএ। মী পুম্বা লোঈনা ফংনরে হায়। নংগীদা কৈদৌবগী ফংলোঈদৌরীনো ?

: ঐগীনা ম্নাঈবক থীবা হায়বতু তারেদনা।

: মু থকীদা ম্নরার বান্নরকীবসীদী ফংলীনীনে ?

: ম্নাঈবক মদনা মসীগীদী খরা ফংঈ।" মমানীনা ঙাংনরীবসী কুঈরবদী খুৎ য়াওরকপা য়াঈ। মসী মনোবা নত্তে। মতু থোক্কনবা চাউথোঈনা চংসীল্লক্লগা হায়রৈ—"ঈমা হয়েং ওঈনা ঙাংনরো ম্নীদাংঙীদা ফত্রে।

: চাউথোঈ নংনা ভাব খরা তাবা মাল্লী। নমাসী পুথোকত্রো। মাগী ফমুং কৈফমতু খরা তাকপীরম্মু। নংদীনে ঈসীং তোলসা অমা পুরকঅম্মু।

: কৈদৌবগী মীমাল্লত্রবা অঙাংসীদা পাখোন সীরীনো ?" একাসীনীনা হায়দগী লোক্লেন হৌনা হায়। চাউথোঈদী ঈসীং লৌবা চংত্রে। একাসীনীনা হায়রকঈ—"ওস্থোকতু অঙাংসীদা থৌদানীংগ্রবোঈদকো নংসে ?"

: মতু ওঈগনা নং পুরকউদনা।" ঈতপ তপনা খুম্মী। একাসীনীনা য়ানীংদনা হায়—"ঐদী মু থকপগী সেবা তৌবা ঙম্মোঈ।

: অদুদী কনানা পুরকদৌরীবা ? নংনা চাউথোঈবুস্থ পুরকহন্নীংদে। নংস্থ ঙম্মোঈ হায়রী। ঐ হায়রা থৌদারী। তোলসানা মথোং পান্দুনা ঈসীংথু পুরকদৌরীরো ?

: নথোংদী ভেক্কতৈদনা ? চংজগা থকউচো।

: ঐনা তৌবা থবক্তা নং পংয়েংদী য়েংসীল্লকম্নকো।

: য়েংসীন্দৌরীবনী। চহী মতাংতুদা ঙাওচং-কৈজৎনরীবা মায়হবু করীমত্তা ঈকায়ত্রো ?

: নথো কৈতে। ঈন্নীংবী ঈন্নীং।

: ঈন্নীং তৌবা য়ারোঈয়ে। ঐস্থ চাক থোংবদা ঈনীং তৌরবদী চারা হেনবা মী য়াওননীনে।" ক্রচকা তোলসাগা পুন্না পায়মীন্নরগা

চাউথোঙ্গীহু চংসীনকঙ্গী। খাম্বনী মওংদা হায়—"অমনা পুরক্লবমু য়াবা অমনমু চংলগা থকপা য়াবসীদা ওনসীনহনা হেক্লা খংনৈ। সে, ঈয়া বাবাদা কীয়ু।" খোনোনা ঈসীংমু লৌনবা খুং তীংথোকপগী অহুদা একাসীনীনা তোলসাহু লৌরগা লংথোকঙ্গী। সাউনমু হায়—"তনবনা মউন লেংনীংঙবা, চাবনা মথন্ত চানীংবা মীসীগী ঈসীং কৈদৌবগী পুরক-ঈবনো?" সাউবনা ধম খেংলখগুম্না খোনোনা লাউরকঙ্গী—"নং থাংনা মতুপ তরেং থোক্লা ককথংলুরাও?" চাউথোঙ্গীদা ওনসীল্লগা অমুক চৈ—"নংমু ঈসীংহু পুরক্লবদী ঐঙোম্বা কোক শীবা য়াক্রো? চংলু অমুক লৌরুচো।"

একাসীনীনা কম্বোক্লহনা হায়— "লৌরুমু চাউথোঙ্গী। মুংঙাঈমহুম তুম্মুচো।

ঃ হৈ! হীংচাবী। পুককক্তবী। অঙাংদা ঈনসীল্লীবহু করীগীনো? অঙাং-সীনা ঈসীং পুরক্লগা মবুক য়েকপ্রা?" চাউথোঙ্গীবুমা হেন্না সাউনীংবদগী চৈরকঙ্গী—"খোংজীংবা নংমু লেপ্তনা লৈদৌ সরুক ঈসীংহু অমুক লৌরু-চোনে। নংগুম্বা মীরেম খোংজীংবদী মবুক থাকপীরীবা ঐনা হায়বদা ঈনগদবনী। সীনম নম্বা নং মসী খংদ্রা?"

একাসীনীনা পাথংচনা মরক থংলী—"মহুন্না হায়বা হৌনব্রাও? ঙাওবু ঙাওরব্রা কৈনো?"

খোনো কৈমু থৌসাদে। নাচুংদনা হায়—"ঐন' হ'য়বা ঈনব্রবদী মসীদগী হেনবা অঙ্কেমু হায়দৌরীবনী। চাউথোঙ্গী মংদীনে, নপুসী চুপ্পহুম। মবুক থাকপীদৌরীবা ঐনা হায়বা খুদীংমক ঈনগদবনী খংলেজনা?"

একাসীনীনা খোনোগী মচীন মেন্নীংবা হায়বহু যৌরে। মেনগে খন্না খোংকাপ অনী থাংঙ্গী। অহুগা লেপ্লে। খোনোম্না মখা তারকঙ্গী—"নংগুম্না অঙাংমা ঐঙোন্দবদী মরৈ মরা তৌরকমু। নখোং চীং-চীংহুনা চংপা ন'না থবক মুহুনা নথীবোং নচীঙ্গাক তানগনী হায়বহুদী নপুসীহুদা নমং ফাওবা মলুরমু।"

একাস'নীনা খংলাও লাওরকই—"তোকওমী। ঙাংলীবহু মী খাঙ্গী য়াঙাং নত্রেবা। করী মীনো খংদেবী?' খুং ওঈনামা মায়

তৈথোক্লীবা চাউথোঈদা অমুক হায়—"নপানা ঙাংবসী তাদনবা তুম্মুরো চংল্লো।

: তুমথীবা য়ারোঈ। ঐগী ঈসীং পুরকলমখীগদবনী। হে, খোংসোয়বা অঙাং, ঈসীং প্রপ প্রপ পুরকউনে।"

চাউথোঈদু লংথোকখীবা তোলসাদু খুন্নগা ঈসীং লৌবা চংল্লে। একাসীনীনা ঙাংহৌঈ—"য়ু ঙাওরগা ওম্থোক ওম্থোকপা বা ঙাক্তা হেক ঙাংঈদকো।

: নংস্থ নচাগী মীচং চংঈরো? নচা মুংসীবসী পুরগা কদায়দনো অমা চংল্লো। ঈনাক্তা কনা অমত্তা লৈবীরমু। ঈতোমতা ৱাঈ সংনা হীং-জরগে।" চাকথুমদা ওনসীল্লগা হৌনা ঙাংঈ—"ঐগা হায়দা ঈল্লোঈ হায়রগনা কৈথেন্দা সেন নীবা চংল্লগেরা? হোতেলগী অরেম-অপা চারুগেরা? মীগী ফীরোঈ, উসোব থীরগেরা? অপাম্বা অমা তৌজ-ল্লোনে সীনম নম্বা মচা নংবো। নংবু ঈচা ওঈরুবদগী ঐসে ৱারবনীনে।" মখা তারকপদুদা একাসীনীনা ধোনোগী চীন মেল্লী। সাউরবা ধোনোনা খংঈন ঈম্থোরকপদগী একাসীনীদু লময়াঈদা তুঈ। মতাংদুদা থেম্বা ননো য়াররোঈ খংবদগী একাসীনীত্ত তপথরে। হৈজবমখৈ থোং নৌনা ধোনোবু থেমজীল্লী। ধোনোদী তাদে। সাউনা ঙাংলী। ধোনোগী মীচং চংলদুনা একাসীনীনা চাউথোঈবু কৌঈ—"নপানা ঈসীং পীযু হায়রদী অমুক পুরকপা য়াদ্রো নংবো?" মনাক ওঈরপ্পা লৈরম্বা চাউথোঈনা য়াম্না তোনবগী মওংদা তোলসাদু পীরগা খুম্মী—"সীদা লৈরে ঈমা।

: অদুম্না নপানা হায়বা খুদীংগী তৌগদবনীকো।" তোলসাদু লৌরগা খোঞ্জেল তপ্পা হায়—"চংলো তুম্মুরো। নপা হৌগংলক্লবদী নং মপান্দা থোকখোকো।" চাউথোঈদু চংহনল্লে। একাসীনীনা ফমুংদা ফম্নগা ঈসীংদু পীবদা লৌ হায়বা য়াদ্রে—"ঐ সোয়নাঈবনা পুবকপা ঈসীং থকওঈ।"

অমুক হন্না লৌরুরগা পীবদসু—"মানা পায়রুবা তোলসানী। ঐ মদু সোকওঈ।" হায়। অতোপ্পা পাম্বৈ লৈত্রদুনা অতোপ্পা পাত্র অমদা লৌরুরগা পীথকঈ। সাউহন্দনা থেমলগা ধোনোবু হীপহল্লে। অদুগা

চাউথোঙ্গীগী মনাক্তা লাকঈ। চাউথোঙ্গীদু ফমুংদা ফম্লম্মী। একাসীনীনা তপ্না হায়—"তুম্মোনে। নপানা ঙাংবদু ৱা ওঈনা লৌরুনো। য়ু ঙাওৱগা মথোং মরম থংদনা ঙাংবসী মাগী হৌনবী নম্রাও?"

অয়ুক ওঈরে। ওরাং নোং য়ুবগী পোপথোক্লবা ঈমুং মাঙ্গোলগী লৈমায়দু ৱাঈ তৈরদুনা একাসীনীনা চাউথোঙ্গীবু কৌরকঈ—"চাউথোঈ। হৌগৎলোনে? অঙাংসীংদু খরা হৌদোকউ।"

নুমীৎ খুদীংগী ওঈনা অঙাংসীংবু চাউথোঙ্গীনা হৌদোকঈ। মসানা থংনা হৌগৎপা চাউথোঙ্গীনা ৩, ৪ রক কৌরবদসু খুমঙ্গক্লবদা চংসীন্দুনা য়েংঈ। চাউথোঙ্গীদু লৈরমদে। মাগী ক্রচতুদী ফমুংদা ঙারী। ওক্লা কাংখদা চেপথদুনা য়েংঈ। লৈরমদে। পাখৎলকঈ। ধোনোগী ফমাংদা লেপ্লগা লেপলাও লাওঈ। তম্না হৌগৎলগা ধোনোনা হায়—"মানবু বদায়দা চৎলমগদগেনে? মনীং ময়াদা লৈত্রো?" একাসীনীনা কোঙ্গীচেন চেন্দুনা থীরকঈ। লৈত্রবদা ঈমুংদা চংলকঈ। ক্রচতু পায়রগা কপ্পীংনা—"মসী য়াওদনা মানা করম্না চৎলমদোঙ্গীনো?" হায়রগা লৈমায়দা দক দক সুঈ। ক্রচতা য়েপলম্বা ওঈরমাল্লে চে অথুপ্পা অমা তারকঈ। মদু খুংগা ধোনোবু পাহল্লী।

"ঐনা অঙাং ওঈরীঙৈদা পোলীও ভেক্সীন কাপ্পীহৌরম্বদী বাবাদা ঐনা লংসীল্লম্বা ঈরালসী লংসীল্লমদবা য়াঈ। মদুমক্তনা ওসীদী সোয়নাঈরবা, মমা মপা ওৎপা, সীনম নম্বা মচা ঐহাকসে বাবাগী থৌজাল মীৎয়েংগী ৱাংমদা পুসীগী ওঈনা নাঈতোম তাররে।"

খুৎঈসী নুমীদাং অমম্বদা ঈবগী পরেং চুমদে। ময়েক চাং মান্নদে।

তাং ১৮-১০-৮৯

## থোরী কোঙ্গোঙ্গ

তোন্নুনা ঈসৈ ঙংলহুনা লৈবাকমচাগী যুমদা য়োরকপদু অযুক্কী পুং ৬ মুক তারম্বা য়ারে। মসাদু ঈয়াং য়াংবদোনা উঙ্গ। ব্রানা পুরুবা পোৎলুম অমা থাংথখীবগুম্মী। স্নুমাং ময়ায় য়োরকপদা লৈবাকমচাগী যুমগী মমাংথোংদু লোল্লম্বা উরে। নীংথম, কালেন থাঁদনা, অযুক অংনবা খুদীংগী, মথুন্তো মরু য়াওবা তনানবা লৈচৈ অমা পায়রগা কোঙ্গথোক্কনবা লৈবাকমচাদু ঙসীস্থ কোঙ্গথোকখীবদগী হল্লক্ত্রীবা ওঙ্গরমগনী খনবদগী ঙাঙ্গহাক ঙাঙ্গনবা মাঙ্গোলগী নাকথদা থারীবা ফাল অসাংবা, ঙাথফম য়াওবা অদুদা ফম্মী। তুমীন্না ভস্নুম ফম্মম্বদগী তোন্নুদু যুমগী উর', হুমদাং, থোং, থোংনাও ময়ামদু য়েংলকঈ। মতোমতস্থ ঙাংঈ—"ত।ঈবুংঙো।সী য়ুম সাবা ফাওবা কয়াদা চেকসীন্না, খুং নান্না সাহনগ্গবনো? যুমগী মচাক পুম্বা খুংহৈবনা ঈত্তুনা সেম সাবগুম্মী। মসামকস্থ তরু তনানগনবা মীসক্কীনা অস্থক কুঙ্গরবা য়ুমসী মীরাং পক্তে, লৈকাং চুদে, সাঙ্গজীন সাঙ্গয়াদা ঈকা অমা ফাওবা চোন্থদে। মসা নানবা মীনা তৌথো-রকপসীদী খুদীংমক্তা তরু তহেন্না ফজৈদকো।"

পুংখায়মুক ঙাঈরবা ফাওবদস্থ লৈবাকমচা হল্লক্তে। মহৌসাগী মঙংদা হায়রবদী হল্লকপা মতম ওঈরে। অয়ুক কোঈথোকপদা, লম্বী লমখাংদা কনাগুম্বগা থেংনরবস্থ ৱারী কুঈনা সান্নগন্দে। কোঈথোকখীবা ওঈরমগদবা মাস্ত্রে। ঙস্তানা থবক চংখীত্রা? ঙরাং থবক চংখীবদগী মীগী য়ুমদা লেকত্রা? অৱাং থংবদা লৈৱীবা লৈবাকমচাগী মচান্নুপা মথস্ত পোকপা ঙোঙোগী য়ুমদা চংহুনা তোম্নুনা হংঈ—"ঈবুংঙো, তাঈবুংঙোহুবু য়ুমদা লৈবা উদে। থবক চংখীত্রা?
: ঐখোয়দদী থোঈদোকপা হায়রমদবনীনা খঙত্রে। হন্দক মরকসী ঈচংতী চংথোক্ত্রবনী। পাবাগী মঙংসী ঐস্থ খংদ্রে।
: ঈনাক খুনবা মপানা ঐখোয়দা ৱা অমা ফাওবা হায়বীপোং নত্তে। ঐখোয়না মতেং নীরক্কনী খন্দুনা লাপথোক্লবতা হোংনরীবনী।" ঙোঙোগী নুপীনা ঈমুংদগী খুম্মী। ঙোঙোনা হংঈ—"করী হায়বীদোবনো? ঐখোয়দা হায়রম্বা য়ারগনা হায়বীরম্মু।
: ঙসীসী তাঈবুংঙোগী সেম খরা সীংগদবনী।
: অহুগী ওঈরদী ঙাঈহাক্তং ঙাঈবীরো"

তোন্নুহু অমুক হঞ্জীন্দুনা হান্নগী ফান্দুদা ফম্লরে। ঙাঈহাক ফম্লগা করী খল্লবনো মমাংথোংহু নমহুনা য়েংঈ। লোম্নম্মী। অনীরক কৌঈ। খুম্নক্তে। মহৌসা য়াহৌ থেংদবনী। হৌজীকফাও থোং লোনফম থোক্তে। মনীংথোংদা সো লোনবজাংলা? মথম্তা য়েংবহু হুংঙাঈতরদগী ঙোঙো কৌরুরে। ঙোঙোনা মমাংথোংহু কন্না লম্মী। হাংবা য়াদে। থোং হুমাঈদা খুতুম্না কন্না থোম্নগা ৪, ৫ রক কৌঈ। খুম্নক্তে। মবানীমক মনীংথোং তাম্না লাক্লে। য়ৌরমদাঈদা ম্রবানীমক চংপা চপ লেপ্পী। তুংলোমদা থোংকাপ খরা হন্দোক্লে। মনাক অহুদা চৌকী অমন্থ ভুরী। লৈবাকমচাহু মনীংথোং ময়াম্নী সাঈজীন্দা থৌরী য়াল্লম্মে। উ কারা ঙমদবদগী চৌকী থারগা সাঈজীন্দা য়ানবা মাল্লী। কনাগুম্বনা হাংলগা য়ানসীনবীরম্বস্থ মাল্লী। থৌরী য়ানক্কমহু য়াম্না নেম্মী। কাও-থোক্লনা ভৌরম্লবদী চৌকীহু থোংনা থেংনরমগনী। সীরমদবা য়াঈ। সীরগে খন্না য়ানবস্থ মাল্লী। থৌরীহু অহনবনী। কানচীদা অনীরক কীরী। মখুং

অনীমক লীৎলীবা ফুরীৎকী খাওসীংদা হুয়ী। মখোং অনীহুস্থ পুন্না কীসীল্লী।

মবানী চংহুনা লৈবাকমচাহ্ল ল্লৈথরগা হ্মমাংদা পুৱক্লে। তোমুদী পম্বরমদনা মী খোম্বা চংখ্রে। ঙোঙোনা মপাগী মনাক্তা ফম্মহুনা মপাবু মীৎ কুপ্পুনা য়েংলী। ঙাঈহাক ফম্মগা মপানা লৈরম্বা ঈমুংহুদা চংহুনা করীগুম্বা অমা থীরকঈ। মহাক থাজে। সোয়দনা লৈরমগনী। লৈবাকমচাদস্থ নত্তে। মথন্তা সীজবা মী অয়াহনা থন্নরম্মী। ঙোঙোসী ৱাখল চমক্করমাল্লে। য়ুমহুগী খোং, খোংনাও ময়মহু হাংদে। হ্মপ্নগী মপাগী তুমফম কাগী খোংনাও অমতমক হাংঈ। পোৎ পংথীদা থীরী। মোন মখা, মোম্পাক মখাদদী মানা পাম্লীবহু লৈরমদে। ফক্লাং ময়াদা লৈরীবা মপাগী লাঈরীক থম্নরীবা উপু মচাহুদা অমুক থীরকঈ। উপুহুগী মখাথংবা কাদা বোয় অথাবা, অমনবা, অহনবা ময়াম য়াওরম্মী। মহুদগী খরা হনবা অমা পায়খৎলে। চেনা ১, ২ ফাক্লগা পায়। চেনা খরগস্থ অমুক ফাক্লগা পায়। মহুদস্থ হান্নগীহুগা মান্নরম্মী। খরা চংথনা ফাক্লগা য়েংবদদী চেনাহুমা থম্না মুক অঙাংবনা লৈয়ী কারল চীংলম্মী। লেমহৌরীবা চেনাসীংহুস্থ মুক অঙাংবনা লৈয়ী কারল চীংঈ। লোঈরমদাঈগী করীমত্তা ঈনদবা চেনা খরহুগী অরোঈবা চেনাদা অস্থম্না ঈরম্মী—"পুথোকখীবা সেন ঙম্না সীংলে হায়না লৌরবনী। সেন্দোন কোক্লবনী। কনামত্তুনা ঐবু মীংদা থীহল্লরোঈ।"

বোয়সী সেন পুবা মীগী মীং ঈননবনী। অতৈ লৈরীবসীংহুস্তনী। মখোয়সীংহুদী সাজীন্নব্রবা ঙাক্তা ওঈরম্মী। মুক অঙাংবনা কারল চীংলমদবসীংহু হায়না সীংলকপ্রবসীংগী মীংনী। চীংলীবসীংহুনা সীংত্রীবসীংগীনী। মপানা ঈরম্নীবা ৱাহৈহুগী অর্থ করী ওঈরমগদগে হায়বহু ঙোঙোনা ঙাঈহাক্কং খল্লী। সীংলক্কদবা সেনসীংহু মসা লৈররোঈদবনীনা ফংলরোঈ খনবদগী সেন্দোন কোক্লমীব্রা? অহুদী 'কনামত্তুনা ঐবু মীংদা থীহল্লরোঈ' অস্থম্না ঈরমফম খোকপ্রা? সেন্দোন কোক্লম্বগী মরমহু ঙোঙোনা খংদ্রে। মানা পাম্লীবা ৱাফমহুদী ৱোয়সীংহুদা থেংনদ্রে। মখা তানা থীক্লবদা লাঈরীক ময়ামহুগী মরক্তা ফীলমগী চেফোং অমা

য়াওরম্মী। মহুন্দা ঙোঙোহু খরা ওক্না থোকঈ। মমাংগী মতমদা ফীলমগী চেফোংসী মপানা সুপ্লাম পামখীদবনী। ঙোঙোনা করীগুম্বদা লৈরক্লবদী চৈবনী। ফীলম চেফোংহু লৌসীল্লগা মপানা হায়—"পুন্সীগী অসেংবা মীংসেল্লা, সেন্দান লম্বীরা থংদবা চেফোংসী অম্বুক থবায় তানা লৈরক-লীবসী লোয়নবু পাগদৌরীব্রা? অপাবা খরহুনা নঙোন্দা করী কান্নবা পুরক্কদৌরীবা? খল্লু। ফীলম হায়বসী মমীগী কুম্মৈনী। তাঈবং লীলাগী। মমী লৈরবদী পোং অমা লৈরবনী। পোংতুগী অসেংবা মসক্তু থংনবা হোংনৌ। অফ-ফত্ত লেপ্নবা লাক্নৌ।"

করী করম্বা মরু ওঈবা মরম লৈবদগী মপানা চেফোংসী থম্মীবনো? চেনা ২, ৩ ফাকলুবদা অহাংবা মচেং অমদা ঈরী—"মীওঈবদগী খরা থাপ্পা লৈবা ঙা, লমগী সা, উচেক্কী মচাসীংদী মপী মপাগা চপ মান্নে। মীওঈবগা খরা নক্কবা জীবসীং সন, সগোল, ঈরোঈ, হুঈ, হোদোং, য়েন্নচীংবগী মচাসীংদী খজীক্তং ওঈরবসু মপীদগী সকওং তোঙাল্লী। অহুনদী মীওঈবগীদী করম্বা মওংদা ওঈফম থোকপগে?"

মপা লৈখীদবনরা ব্রাফমসী ঙোঙোনা থংবা ঙমদে। মথংগী লামায় অহাংবা মচী অমদা ঈরী—"মসা ফত্তবা মহৈরোঈগী ওজা ওঈবা মায় খুনীং-ঙাঈনী। ওজাসু মহৈরোঈসু ঈপেন পেন্নদে। ওজাহুবু ঈকায় খুম্নবদী চুম্মী খল্লী।" মসীদসু ঙোঙো অহুম চমম্লরী। মখা চংথরক্পা লামায় অমদা ঈরী—"ঈসীং নুংসীংনা পাম্বীগী সকওং হোংহনবদা মতেং পাংঈ হায়নৈ। মসীনা লৌউববু মায়থীনবা মরম ওঈ। মতমনা অওনবা পুরকঈসু হায়। মসীনা অহলগা নহাগা খাথল খেন্নহল্লী। অহলনা অরানবা তাঈ। হায়নীংবদি মউনা লৈথক মরানা লৈন্নং। মায়কৈ তোঙান্নরবসু মরাদী মউদা ঈসীং, মীনরেল পী। ঐসু মরাগুম্না থবক তৌনীংঈ। ঐগী লন থুম লৈরীবা পুম্বা ঙোঙোদা পীরবনী। মীখুং চনথ্রবা সেনফম থরদী সেন্দোন কোকথ্রবনা ঈচাদা পীবা ঙম্মদ্রে। মসী-মক্তী অসাবা নুংসীং সীংলবা মতমসীগী তাঈবংসীবু কীবদগীনী। হীংলৌঙৈদসু ঈপা ঈচা তীন্নবা য়াদবগী ফজ্জদবা মীপাউখোল তাঈ।

সীরংসু 'সেন্দোম সীংদনবা কনাঙ্গনমা মরে তৌতুনা ঈতুংদা থীনা ঙাংনবসু ঐ তসেংনা কৌজে। ঐদ'মক্তনা ঈচা ফাওবা মপা' ঐনা চেস্থবসু ঐচাক তসেংনা পামদে। মীওঈবদী মীনম্বা অমা লোংশীনবদা মীনম্বা অমী থোকহল্লী।"

মসী প'ব্দগী মপানা মুক অঙাংবনা লৈয়ী কারল 'চীংলম্বা অসুগা 'কনা অমস্তনা ঐবু মীংদা থীহল্লরোঙ্গ' ঈরম্বতুগী মরমসু ঙোঙে'না খঙলকঈ। মতমতুদা লৈকায়গী মী লাক্লরে। লৈবাকমচাগী মীসা, মতুগী মরম মথৌ মঙম খম্নবকঈ। ঙোঙোদী লাঈরীক উপুতুগী মনাক্তা লেপ্লগা ফীলম চোংকাংতুগী চেনাসীংসু অমগী মথক্দা অমা কাক্লী। মমৈরাঈগী চেন'দা ঈরী—"চহী য়ান্নবা উপাম্বীনা লেপকং কংসীল্লী। অকংবা উদী উচেক-সীংগী ক ঈদোংফম ওঈনৈ। কান্নে। মীওঈবদী মসীগী ওন্ন-তৈনবতুনী। ফীভমসীদা হীংববুদী সাখীবনা চুম্নকঈ। মরমদী তেক্কদৌরবা যুমতু সেমজীনবীগদবা লৈত্রবদী থুদেকপনা ফে।" লেমহৌবীবা চেনাসীং অতুদদী করীমত্তা ঈরমদ্রে। ঙোঙোতু লাঈরীক উপুদা নঙঃ। ঙাবগা ফমলে। মপানা ঈরবসীংতু হন্না হন্না নীংসীংলী। মপানা ঈরবা রাহে-সীংতুগী অর্থসু খরা খঙ্জীক থংলকঈ। রাহে খুদীংমক ঙোঙোগী মক্মদা ঈচম চমদে। পৃথাবীগী লৈমায়থক্তা হৌরীবা পাখী খুদীংমকী সাঙ্গাম্নফম লৈ হবা নত্তে। অসুম খল্লুরগা মপাগী থরায় নোখাবা থৌরী কোঙ্গোঈতু মাগী মীৎমাংদা কোঈপাঈ পাঈবগুম উরকঈ। থৌরা কোঙ্গোঈতুগী মনুংদা থৌদোক কয়া উরকঈ।

মরক মরক্তা য়ান্না পেন্দবা সাউনীংলকপা মওাং কয়া ঙোঙোগী লৈরকঈ। মতমগী সুপা নহা অমা ওঈনা ঙোঙোনা মপানগী চৎনবী (মৈহে মসীংগী মায়কৈদদী নত্তবা) বয়াগী মতৌ তম্নকঈ। মপানা থীনা ঙাংঈ। সুমীৎ খুদীংগী চৈ। ঙোঙোমা রাহে ১, ২ খুমল্লুবদা 'খুমল্কসু' হায়। মতুংদদী ঙোঙোমা তৌফম খংদ্রেতুনা ওমচাম্নরবা থম্মোঈতু ফাথমবা সুমীৎ ৪, ৫'নী যুম থাদোক্তুনা খদায়দনো অমা চৎকনী। হল্লকপা সুমীত্তা মপানা হায়—"নং হৌজীক কাওবদী ঐগী ঈথ'দা লৈরী। ঐগী ঈমাংদা

নংনা তৌনীংবদা তৌগন্থু। থল্লু। সেন পীতুনা থম্বা অনেকপা মীগুম্না ঠেনা নংবু থমত্রা। চাঁউখৎপগী ঈচেন্দা ঈরুজৌ। অচোৎপন্থুদী নঙাগী ফদীনা তৈথোকউ।” মসীদী থোঁদোক মচানী। লৈবাকমচাগী লোয়নবী ঙোঙোগী মমাতু সীবা হীংবগী লংদাঈদা ফমসেন্নরকঈ। মপানলোমদা লায়েংবা চংলমদাঈদা ঙোঙোনা তুপী চেনসীল্লকঈ। মী খন্না ঙাংনবা—“মমৌগী মসক ফাওবদী উহনখীবনা ফৈ। সীবা হায়বসীদী তঙ্বা ঙমদে। সীদ্রীঙৈদা নোংমত্তা ওঈরবন্থু মমৌনা সেবা তৌহনহৌগদবনী।”

রাফমসী ঙোঙোনা চুম্মী থল্লে। লৈবাকমচাতু ফনা সাউনীংলবন্থু পাঙ্গল থোকপা ঙমদ্রে। লায়েংবা হল্লক্লগা লুহোংসী হায়বসী ঙোঙোনন্থু তুপী ময়মনন্থু য়াদ্রে। লুহোংদনবা মরৈনা থল্লী। পীক্লা হোংবন্থু য়ারোঈ। য়াম্না থুনা হোংবন্থু য়ারোঈ হায়। লায়েংনবা লাংজবা সেনফম অনদী ঙতৈ পাম্বৈ কয়া সীজান্নতুনা লুহোংবতু পাংথোকঈ। খুঙ্গঈদগী চাউবা লুহোংবসীংগী মনুং চনখী। লুহোংনবা থোরাংলকপদগী মঙানী চাক্কোবা ফাওবা লৈবাকমচা য়ানীংদবা উক্তে। মচানা হায়বা খুদোং য়াঈ। য়াখাগদবন্থু মাল্লী। ঙোঙোগী মমাতু লায়েংলুরগা লুহোংসী হায়বা মতাংতুদা ঙোঙোনা হায়খীবতু ঙসীন্থু মহাক্লা কাউদবা মাগী। ঙোঙোনা হায়খীবনী—“হন্দক্কী মতংসী পাবানা পাজোম তৌংবীফম থোকঈ। নচা ঐগীদমক্তা ঈমা পাবানা চেনবী চোংবীগদবা খুঙ্গঈদগী চাউবা অমত্তা ঙাঈরবা থোঁদোক্তু হন্দক্কীসীনী। মসীদা পাবাবা থরায় য়াওবীদ্রবদা ঈপা ঈচাগী মরীসী মীয়ান্না ফঙ্গনা উনররোঈ।” রাফমসী কাউগদবা মান্দে। মসীগী চৈনাতুদী মচা'দা পীদে। পীনবন্থু হোৎনদে।

ঈকুঈ কুঈদনাঙোঙোগী মমাতু লৈখীদ্রে। মপানলোমদা লায়েংবা চংপা ঙমখীদ্রে। ফীভমসীদন্থু লৈবাকমচাগী মওংতু কা হেন্না নুংঙাঈতবা উক্তে। মমাগী সোরাং লোয়রবা মতুং তরানীরোম লৈরগা ঙোঙোতু তোঙান চারে। লৈবাকমচা মথন্তা লৈরে। চীঙ্গাক্তা অথীংবা থম্বতুনা তোঙান চানবগী মরমতুনী। মমৌতুন্থ ঙোঙোগা হীরম খুদীংদা রাখল মান্নে। রা ঙাংগন্দবা লৈবাকমচানা লৈকায় মমংদা ফত্তবা তাহৌঈ।

মচা মমৌনা হায়রীমখৈ ত্তৌরীবমখৈ য়ারকঈবা লৈবাকমচাগী ৱাখলহু করী করম্বা ফীভমদা লৈরীবনো হায়বহু চহী খরগী তুংদা খংনরকঈ। ডাক্তর অমা লৈবাকমচাগী য়ুমদা মরক মরক্তা লাকঈ। লৈবাকমচা ৱাখলগী লায়নানা নারে।

মী খরা চংলক্লুনা য়ুমহূগী থোং, থোংনাও হাংদোকঈ। ঙোঙোবুস্থ থেমঙীনবী। তপ্পা হৌগৎলগা মপান্দা থোরকঈ। মপাগী মনাক্তা তারীবা থৌরী কোঙ্গোঙ্গহুদা মুন্না য়েংঈ। তপ্পা লৌখৎলগা ৱাংনা থাংগৎলী। মুন্না য়েংলগা হায়—"ঈপাগী থৱায় লৌবা ওম্বা থৌরী কোঙ্গোঙ্গ নংসী ঐগী মীৎতদী তাঈবং মীগুন্না উরে। নতীক নগুন চেন্নবা নংসীবু ঐগী অতোপ্পা সাঈওন্না ?"

তাং ১১-৮-৯১

## অমনবা সম্বল

ওফীসাবগী কাগা থংনবা কাহ্নদা ক্বাকলৈ অমদী মাঙ্গধোমস্থ ফমলী। ওফীসাবগী কাদগী ফক্লাং ঘবীনা কংসী থীংলকঈ—"দেং-দেং-দেং"। মতমসীদা পুং ৩ তাবসী থাজদ্রমাল্লে। মাঙ্গধোম্মা মথুৎ থাঙ্গৎতুনা ঘবী যেংঈ। থংনীং নীংসাংলকপগুম ফুক হোৌগৎলগা ক্বাকলৈদা হায়—"তঙাঙ্গ ফদবা থবক অমা লৈহৌঙ্গ। ঐ চৎলগে। ওফীসারনা কবীগুম্বা হংলবদী ফনবা খরা খুম্বীবো।"

ক্বাকলৈ খুমদে। খুনলুরবস্থ তাবীনবা লৈতে হায়বা থংঈ। মরমদী মাঙ্গধোমনা মাগী পাউখুম ঙাঙ্গবম্ররোঙ্গ। ঙসাগী অস্থম্মা তৌবসী তোয়-সীল্লক্বী। মসী ক্বাকলৈনা থংলবস্থ করীগুম্বা অমত্রা ঙাংদে। ঙাংনবা তারবদী ৱাহৈ ৫০ ১০ না যারোঙ্গ। মসীগী খনবদনী ক্বাকলৈনা মাঙ্গ-ধোমনা চংখীবদা মীৎচীনা ফাওবা য়েংদবমখৈ লৈহোৌরীবা। অহুবু মাঙ্গধোমদী মথোঙ্গ কারকঈ। চাকখুমগী অচা অথক মরোঙ্গ মকা অমা

ফাওবা নোংমতস্থ লৈখি দ্রী। মাগী মুপীনা হায়জরবস্থ সাউত্থনা লৈখীদে। হৌজীক্কী থবক কুম্মকপদা লৈরক্কবা মুমীৎ য়াওদ্রে হায়বা য়ারে। থবক কারমদাঈদস্থ "হোরেল করী লৈরকউগে" হংলম্মী। নোংমা মাঙ্গধোমগী মুপীনা ক্কাকলৈদা হায়—"হন্দকসী ঐগী অবাবা খংলমাস্লে। মুমীৎ খুদীংগী য়েনসাং লৈরকঈ। ঐকসী কৈথেন্দা থোকহন্দ্রে।"

চমজরবী মুপীত্থগী রাথলত্থদা ক্কাকলৈ মুংতাঈভবা পোকঈ। মু সীবা ফাওঈ। মপুরোঈবগী লমচৎতা অহোংবা লৈরমংনী হায়বসী চম্নবী মানদী খল্লুদমাস্লে। অত্থবু ক্কাকলৈদী খংঈ। মাঈধোমনা মরম ওকপা সাত্থনা মুগীৎ খুদীংগী করী মনা মসাং লৈরকউগে হংলীবা থোঈনা লুনা থোক্কবা মরমনী। হৌজীকস্থ ওন্তানা হনখ্রে। ওফীসতা থবক লৈতবগীস্থ নত্তে। যুমদা অচানবা থাক লৈহৌবগী নত্তে। অনা আয়েক য়াওবগী নত্তে। মানা লেপ্পীবা তোবান্দা হোরাবা পুংদোন মীরাঈরগা অসোম রাংমগী হৈবোং অমুনবা মীতাকবতনী। মফম মতম মসাগা ঈজৎ য়েংদনা ওাংচংনবনী। মসা মামক্কা লমজী থ্রব্রা হায়না করী-গুম্বদা ক্কাকলৈনা খল্লী। লমজীংবনী হায়বদী য়ারোঈ। মরমদী মী অমনা ঐবু ঈরুজবা হোরে। ঈসানা চেকসীন্দবদগী ঈদোম ঈর রুজবত্থ হৌরম্নীবা মীত্থদা মরাল পীফম থোক্কে।

নোংমা ক্কাকলৈনা ওফীসতগী হন্দকপগী লম্বীদা মনা মসীং লৈনবা কৈথেন চংলুঈ। পোৎয়োনবী জমদী মুপা ৫, ৬ না কোঈসীন্দুনা পোৎ লৈরম্মী। করম্না থোঈদোক হেন্দোকপা পোৎ য়োনবজাৎনো য়েংনবা মবানীস্থ মদোমদা চংসী। মনাক্কী পোৎয়োনবী অমনা ওাংলম্মী—"বুদ্ধী ফৈদা তোপ্পীনৌসে। কমদৌনা পোৎ য়োনগনী। পোৎসীৎ ফনবা করী করম্না রাহৈ বাতা ওাংদে। ঈনো হংলম্বত্থ কুঈদ্রীনে। হৌজীক্কী মানা ঐওোন্দগী পোৎসীৎ ফবা হেনগ্রে। মসীগী মুপীসী লেম্না মাংল-রোঈ।" ঈথা খাজদনা মখুবাগী মচাত্থপী তোপ্পীনৌত্থ মনা মসীং য়োল্লম্মী। মানা য়োল্লীবত্থ অতৈনা য়োল্লীবত্থগা থোঈনা থেন্নদে। মবানীনা হাম্না খল্লম্বত্থগা তায়োম্নরম্মী। মতমসীগী চংনবীসীবু অয়োনবা মীওঈনা পোৎসীংগী মতীক মগুম লেপ্পরব্রা? কোমস্থ কোম্মদবা মক্কী

মরেলছ্ সেমজীন সাজীল্লবা মতুংদা কাকলৈবু উরতুনা, মমায় থজীক্লা ফাওবা ভাংসীন্দনা হান্নগী থোক্লে্দা তোম্বীনৌনা হায়—"তাজা চংবী-রকথে। মনা মসীং থরা হাপচগে। মহাও য়েংবীয়ু। : ঐ পুরোইদা তোম্বীনৌ। নং য়োল্লবা থমজৌ।" তোম্বীনৌনা ওংখীবা ঈঙ্কুংত্থ খ্রীতম ফজ্রে। মচন বাগনী থন্দুনা মবুং ওইবগী কাকলৈনা থুন্মী। অত্থবু মাগী মচীন্দগী থুম্নুনী থাজত্রবা বাহৈ থরা তোম্বীনৌনা হ'য়রকই—"নচনগীদা করীস্থ থনবরুস্থ। ঐগী লৈজবা থরা হাপচ-দোইনী। নচন ঐনা পোৎ য়োল্লগা নোং ফাদোক লাকপা ঈবুংদা নচন্না মনা মসীং থজীক্লুং ফ'ওবা হাপত্রবদী ঈবুংগী ঈমাল্লবা তাদসীনা ঐবু ওস্থোকপা মওংদা থনবীরনী।" বাসী তাবদা কাকলৈ তু চুংই। খল্লী। মতম অমগী রা ভাংগন্দবী তোম্বীনৌত্থ অসীরনে? ওকফমদী থোক্তে। শীকপ্রবা মরুদগী তীংথং পানবা লম থামেন পাম্বী হৌরকপা অঙকপা নত্তে। তোম্বীনৌত্থ কাকলৈগী মকমদা অঙকপা ওইনা থোক্লবা বাহৈসীংত্থতা ভাংবা নত্তে। মমীৎ মনাস্থ ঈত্তাও ভাওই। স্থমীত্তুদগী হৌনা তোম্বীনৌগী পোৎফমদা মাঙধোমগী থরায়মীত্থ লৈগ্রবগুম তৌরে। কাকলৈদদী পোৎলুম হাপকৎলী। তোম্বীনৌগী মুপানা কাকলৈদা রাকৎলী—"ঈবাঈনা খওই। ঐ থবক মুদে। মুপী অত্তাং থাক্লবা হোৎনদে। নচনংশীবু মপানথোক্লা থবক স্থহল্লী। সেন তালহল্লী। মসাগীদমক ঈবাঈনা ঐবু মীংদা থীহল্লবা তৌবীরমাল্লে। নচনগী কা সোক্লগা ঐবু মীংদা থীহনবা হায়বসা ঈবাঈখোয়গীস্থ মায় শুবনী।"

কাকলৈ পাউথুম পীথীদে। অরানবা রাখলত্থ চুমথোক্লমদে। মফম্না মত্নম্না নোংমদী অচুম্বত্থ লাকচগনী খ'নী। তুরেল তোর্ব্বান কায়ত্থনা ঈংথোলদা ঈসীং চংলকপত্থ ঈসীং কংলগা ফজথীনী থনবা, অকায়বা তোর্ব্বান্দী থীংনীংদবা মীসক্তু কাকলৈদী নত্তে।

ভাঈহাক লৈরগা কাকলৈস্থ মাঙধোমনা সোয়দনা লৈরমগল্লবা মফমত্থদা চৎনবা থোরক্রে। ভাঈহাক্তুং চোহুরম্লবদী উনরমলোঈ। য়ুম সাগনী থন্দুনা য়াওবা মরুপ্তুগী ফংবা সেনফম্না লৈথীবা স্থক্তরত্থদা মাঙ-ধোমগা তোম্বীনৌগত্থ চংকদবগী তোংলম্মী। কম্মীল্লীবী পোৎয়োনবী

ময়ামগী মমাংদা ঈজং লৈবা থবক তৌবগুম্না তোম্বীনৌহ্ন হৌরাওঈ। সাঙ্গ-কলদগী কুমথরগা কাকলৈনা হংঈ—"নংস্থু সীদা লৈরম্লীব্রা ?"

মাঙ্গধোম্না করীগুম্বা অমা খুমগে তৌবদা তোম্বীনৌনা খুম্নকঈ—"ঐবু য়ুম ঙাওবদং থীনবীয়ু হায়হ্নুনা থামজবনী। তাদদী থবক অচীনবা লৈব্রা কৈনো তহা তহানা চৎকে তৌবনী। ঐনা খাম্বসীদা লৈথোকপা য়াত্রবনী। ঈবুং লৈজবগী কান্নজরে।"

তোম্বীনৌগী ৱাহৈদা মাঙ্গধোমহ্ন হৌরাওবগুম তৌঈ। মানা হায়নীংলীবহ্নুগা চান্নরমাল্লে। কাকলৈনা তোম্বীনৌদা অমুক হংঈ—"ঙসী কৈথেন ঙন্না হন্দোরীবদা কৈদোবা য়াওরে ?

ঃ নসেন নুপানা থেংনা হনবসি য়ান্না ঙাং-সকঈ। কুঈরে ঐদী ঙন্থা ঙন্তানা য়ুমদা হনবা।"

তোম্বীনৌগী চীনগী লান্দা মায়থীরবগুম কাকলৈহ্ন তোম্বীনৌদা মখা তানা হায়দ্রে। মাঙ্গধোমদদী অস্থুম্না হায়রকঈ—"মুপামচা দীনেহ্ন কলেজদগী হল্লকপা ওঈরমাল্লে। বস ঙাঈহৌবনী। খরা পুবীথো। তোম্বীনৌদী ঐনা থীনবীরম্নগে। ঐ মাগী য়ুমদা চৎকদবনী।" দীনে, মাঙ্গধোমগী মচানী। সাঙ্গকল লৈবীদবদগী বসতা কলেজ চৎপনী। কাকলৈগী ৱাসীদা মাঙ্গধোমহ্ন চৎখ্রে। তোম্বীনৌস্থু তম্ভক্কা কাকলৈগী সাঙ্গকলদা তোংলে। অস্থুম লাকপনা মী খরা চৎভবা মফমদা কাকলৈনা হায়—

"নংগী মরমদা মীনা কানা কানী ঙাংনবা ৱাফম খরা ঐ হন্দকসী তায়। নংস্থু মীরক ভীল্লবীনী। অহ্নুগুম্বা থবক্তু ঈবুংদী য়াম্না হৈনদেকো।" লৈসারীবৈদদী পোকমীন্নবমক নত্রবস্থু কাকলৈনা ঙাংবদা মমায় হনগৎনা লেপখীদবী তোম্বীনৌহ্ন ঙসীদী পুন্সীগী মান্নবা থাক্তা লৈনরবা মীওঈ ঙাক্তনী খনবনরা ঈচং থোনা খুম্নকঈ—"কান্নদবা ৱানীদা তাদা। ৱারেম থোরেম ঙাক্তনী।

ঃ করীগী কান্নদবনো ? কৈদোবগী ৱারেম থোরেম ওঈদোঈবা ? ঐনা ঙাংবা ৱাবু নংনা কান্নদবা ৱারেম থোরেম ওঈনা লৌরবদী ঐঙোন্দা তাদা কৌরীবা করীগীনো ? থাজোনে। নোং চুদনা চুঈ হায়বা য়ারোঈ। নোং চুরগম্ম ঈসীং য়াওদে হায়বহ্নুস্থু অরানবনীনে।" তোম্বীনৌহ্ন

থওঙ্গীদনা তারী। কাকলৈনা মথা তাঈ—"নং হৌজীক চহী ৩৪, ৩৫মুক হৃরম্লনী কৈথেল্দগী হনবদা নত্রগা মীগী থোদোক চৎলুরগা হল্লকপদা অচা অথক, ঙামোক খরদা নচাগীদমক পুসীল্লনী। মতু মীনা তৌনবগী নত্তে। নমা নচাগী মুংসী মরীননী। হৌজীক নংনা তৌরীবসীনা পুম্নমক মাংহন্দোরে।

: তাদা ঐদীনে, য়ুমগী মুপী য়ুম্বুরেম্বী অমা ওঙ্গনা, মমা অমা ওঙ্গনা মবুক লাম্বদগী কপ্লীবা ঈচাতু থেমতুনা লৈনীংদে। মবুক থম্নবা ওস্নমথৈ হোৎনগনী।

: অহুবু নংনা চুরানথাবা ওঙ্গবদা এনা খক য়ারোঙ্গয়ে। হুমাং তাহন্নীংদ-বদগী নসাগী ঈজৎতু লুখমদা থম্নগনু।

: মতুদা অরানবা মীৎয়েংনী। লান্মীনবু লানফমদা য়েক্লবগী রাবীফম থোকপ্রা? মসা কল্লবা হোৎনবদা হৈজবা উপায় কয়া সীজীন্নবা তাবনী।

: খোংমীনা খোংমী ওঙ্গনা হৈ-সীংবা উৎপদী করী কায়বগে? খোংমীনা লাপ্পাবগী মথৌ তৌরক্লবদী মায় খুবা নত্রা? পুকচেল সেংবা মীগী দী তেম্বাংবাবা মী রাৎতবনী।

: চরা হেল্লীবসীংনা খুৎলীংবা লমতুদা চংলুবা চাকনীবত করী চরানো ফংদোরীবা?

: মতু খংলবা চাকনীবতু নীগে খল্লরোঙ্গদবনী। উমং লৈরীমথৈ উনা মরাং কাঙ্গবনী। পাৎতা ঈসাং লৈরামথৈ লোং-খজাংদা ওঙ্গরবসু লৈবনী।

: ঈল লোং লৈজদবী ঐদী হৈজবা পাঙৈনা ঙা ফাবা তাঈ। মসীদা করীবু কায়বগে?

: মসামদী খংউ। নচাতু ঈসাং পীথক্লবা মীঙোন্দা লৈথেৎ লৈকোঙ্গী রাহৈ সাজীন্নতুনা ঈসীং মুনগনু।"

অঙম অঙম্বা চানরবা ম৩ম, মীগীদমক মীৎকুপ অমতং খনবদী লাঙ্গরদনা ঈসাগী ঈমী ফাওবা য়েংনন্থবা মতমসীদা কাকলৈগী রাখলসী তুং ওঙ্গমনখ্রে। মীওঙ্গবনা লমগী সাগা মান্নরি ভৈদদী পাঙ্গন্না অঙম তান্নরম্বনী। হৌজীক্কী লৌসাংগী মতেং লৌনরবনী। মসীদা মসাগী মরাল লৈতক্লা খল্লীবী তোম্বীনৌনী। মরমদী হৌজীক ফাওবা মহাক

মসাগী সাগৈ কাউত্রী। মীৎকুপ খুদীং মপুরোঙ্গবা নীংসীংলী। মচাসীংগী নুংসীরবা সকক্কমসীং মীৎমাংদা অতুম উরী। ৱাফমসী খংহন্নীংদুনা তোম্বীনৌনা হায় —“তাদা লীলাগী নীংথৌনা নীংথৌগী মগুন চেন্নৌবসী লালা সান্নরীগৈ মনুংতুদনী। নীংথৌ মান্নবা হোৎনজবতু কন্নী কায়বগে ? ঃঈসীং মনুংদা মতম সাংনা লৈরবা পোৎতা ঈনাং পকঈ। মতুদা চেকসীনবা ফৈদনা।” ক্বাকলৈনা মথা তানা অন্তম্না হায়নীংলী। ওঈজবা পাম্বগী ৱাখলসী মীওঈবদা য়াওজরক্রবনী। মতম খরা নমথতুন' থমলু-রবস্তু খরা লৈরগা হেক্তা ফোংদোরকঈ। ফৈ হায়নরম্বা ওজ্ঞাতু সরকারগী তঙ্গব ঙাঈবা মহৈসংদা চংলবা মতুং কয়াম কুঈনা ফরীগবা ! মমা মপাগী অৱা অনাদা দাক্তর তমলুবা, চমজরবা মহাক্তু কৈদৌগৈ ফাওবা চন্না লৈরীগবা ! মসামক লৈত লাঈরনী খন্দূনা থাগৎখ'বা লৈবাক মীয়ামগী মীহুৎনা চহী কয়া মীয়ামগী অৱাবা উবগে ?

তোম্বীনৌখোয়গী কোন্থো' য়োবদা ক্বাকলৈনা হায় —“ওইজবা অমা ফংনবা মাংনবগী মরম অনীদী সেমলোঈদবনীকো।” হুমং য়োরবদা মবানীমক সাঈকন্দগী কুমথৈ। সাইকল স্তেন্দ ঙাক্লগা ক্বাকলৈনা ঈংখোল-তুদা কোঈনা য়েংলুঈ। মবুক ঈসীৎ সীৎলম্মী। সন অমনা লৈপনগী সম্বলতু নমথেক্লবা হোৎনবতু উরে। মতু উবদা য়েনখাদা অঙাংনা সান্নবগী কুম্মৈদা ভাবোক ওঈরীবা মসেন নুপাদা ক্বাকলৈনা হায় —“নখোয়গী ঈংখোল লৈপন্দা থারীবা অমনবা সম্বলসী নমথেক্তুনা সন অমা ঈংখোলদা চংগদবগী তৌরীবসী য়েংউ। মসীদা সন্দস্তু সনবুদস্তু, অমনবা সম্বলদস্তু তায়নরুন্থু। মতম চানা সম্বল থীংহৌদবা নখোয়গী অসোয়বনী। হৌ-জীকস্তু মতম লৈরী। চৎলু সনসী তাম্থোবলু'চা।”
তোম্বীনৌগী নুপাতু সন তাল্লুনবা খোং থাংখ্রে।

তাং ৫-৪ ৯২

# ঈমাগী ফোতো

ঙসাঙ্গ অয়ুক মনেহলত্নু মখোয়গী য়ুমদা লাক্লম্মী। মত্নুদগী হৌজীক ফাওনা বোচাগী লৈতাফম খংলক্ত্রী। লাঈরীক তম্বা চংলুবত্নুস্তু মপা অমদী ময়াম্বা কীবদগীনী। মহৈসংদস্তু পুক্লীং চংদবগী ওজাগী মীচৈ অমদী চৈরাক ফংলে। মাগী থম্মোঈদা লাংতক্লরীবত্নুনা হেনমনখীবদপী পুম্নমক্তু নাচুংলুদে। স্নুতী থাবা ঙাঈবত্নু ওম্বোক্লা ব্রাঈ। কংসী য়ৈবা পীওন্দা স্নুতী থাবগী কংসী খুংয়ৈত্নু য়ৈনবা হায়ক্লঈ। য়ারক্ত্রবদা হৈন্নীংদনা লাঈরীক তম্বা য়াওঈ।

স্নুতী হেক থাবগা ময়ামদগী মাং থানা চেম্বোকঈ। য়ুমদা হল্লকপগী লম্বীদা মখোয়না তোংলাবা ওতোত্নুগী ড্রাঈভরদা বোচানা হায়—“অঙ্কল খরা য়াংনা থোবা।

ঃ ওতোনবু কয়াম য়াংনা থোদোঈনো বোচা?

ঃ অত্নু ওঈরবস্থু অঙ্কলনা থোরীবসীদী তপমল্লী।

: য়াংনা থৌবদা তাহৌরবদী কমদোনী ?

: তাহৌরোঈ।" চাউথোক্না বোচানা হায়। তোংমীন্নরীবসীংদা অমুক চেকসীন বাহে হায়—"তাহৌদনবা নখে য়সু চেৎনা পায়জোকো। তাহৌরগা নরম্নাঈনী।

: কন্না থৌনু কীজে। তপ্না অতুম থৌ।" মুপীমচা অমনা হায়। অতোপ্পা অমনা হায়রকঈ –"কন্না থৌ। রবীহোয়না তোংখীবা মারুতী ভান্দগী হেনগৎসী।"

য়াংনা থৌবা পাম্বা কাংবু অমা, তপ্না থৌহন্নীংবা কাংবু অমা, কাংবু অনীগী অঙাংসীংচু মরৈ য়েৎনবদা লাংলকঈ। অরাংবচু খাম্নগা ভ্রাঈভরনা বোচাদা হংঈ–"করীগীনো বোচা নংনা গাড়ী কন্না থৌ-হন্নীংলীবদী ?

: য়ুমদা থুনা য়োৌনবনী।

: য়ুমদদী করাগী থুনা য়োৌনীংলীবা ?

: মরমচু হায়দোকপা য়াদে।

: অতুদী ঐ গারী কন্না থৌররোঈকো।"

বোচাচু খুমদে। মাগী খুদোংচাবচু ফংলরোঈ মঙংগুম সোকেন্দ তরারোম লৈরগা হায়— "হায়সীন্নবনী। মরম অমত্তা লৈতেদা।" বোচাগী পাউখুমচুদা ভ্রাঈভরচু মপুক্লীংদা নোকঈ। হায়দোক্লীংদবা উবদা মখা তানসু হংবীদ্রে।

য়ুম হেক য়োৌবগা লাঈরীক থাওচু তেবলদা থম্মী। ফুরীৎ, খোংগ্রাও, খোংউপ অমত্তা লৌথোক্তে। তাঈথক্তুং লৌথোকঈ। ময়াম্বনা থম্বীরম্বা তেবল মথক্কী অচা অথক ময়ামচু সোকপা ফাওবা সোক্তে। মসী-শীদমক হোরেল ময়াম্বনা চৈরগনী। মুমীৎ খুদীংগী ওঈনা ময়াম্বনা কালেজদগী হল্লকুগা পুম্নমকসী য়েংলগনী। মাগী আঈদেন্তীতী কার্দতু পায়রগা মপাগী চে চাং থম্নীবা উপুচুগী মনাক্তা চংলকঈ। উপুচু হাংলগা থীবা হোৌরকঈ। খুদক্তুদা মমাবোক্তগী সো লৌরগা থোং সো হাংবদা সোজে পুসীল্লক্তবচু নীংসীংলকঈ। অচুবু লৌসীল্লুদ্রে। ঙসাঈ মনেহলনা হায়রবচু নীংসীংলী—"বোচা নংদী চাউর চাউরগা নমাচুম মাল্লকএনে।

: অচুম্বরনে ঈনেহল ?

: অচুম্বনে। শুম্থোক্না মান্নপ্রপোৎনী। নংবু ঈনম্মগী ফোতোক অমুক্তা উদ্রীব্রনে ?

: উদ্রী ঈনেহল। ঐখোয় ঈমাগী ফোতোবু লৈব্রো ?

: লৈবনী। নখোয়দসু লৈবনী। ঐঙোন্দসু অমা লৈখীবনী। হয়েংমুক লাকপদা সোয়দনা পুবীরক্কে।"

মমাগী ফোতো অমুক্তসু উখীদ্রী। মানা মীরোল খংদ্রীডেদা মমাহু লৈখীদ্রবনী। হায়রকঈ—"কৈদৌৎ লাক্কনী ঈনেহলদী ?

: অহুদী হৌজীক্না হায়বা কদায়দগী য়াবনী।

: হয়েং লাকউ।

: হাঈ খরা লৈরগা লাক্কে।"

মনেহলহু হয়েং নত্তে হৌজীকমক ফোতোহু পুরগা লাকহন্নীংঈ। করী সুমীত্তা লাক্কদবনো খঙদে। লাংতক্লবা হেনগৎলকঈ। মপাগী উপুহুদদী থেংনদ্রে। মখোয়গী লৈরীবা এলবম ময়ামহু পুথোক্লগা ফাকঈ। মাগী আঈদেন্তীতী কার্দকী ফোতোগা এলবমদা য়াওবা সুপীগী ফোতোগা চাংদম্নহুনা য়েংঈ। তাঞ্জাসীদা মমাবোক অনাবীহুনা মাঙোন্দগী কৌ-রকঈ—"বোচা নং ঐখোয়দা ডাঈহাক্তা লাকউ। পাখোন অমত্তা হায়গে।

: ঈমাবোক ঐ পোৎ অমা থীরীয়ে।" থীবা লেপ্তে। হান্নদী অসুম্না য়াদবা তৌখীদবনী। মমাবোক্না মখা তারকঈ—"হাঈ, অচাপোৎ অহাওবা অমসু পীজগেনে।

: চানীংদে। ঐ পোৎ থীখীনী।

: কুঈরোঈনে বোচা নংবো। ডাঈহাক্তা লাকউ।

: ডাঈহাক লৈরগা লাক্কে ঈমাবোক।" মখা তারক্কনবসু হায়—"পোৎসী থীবা ফংদ্রীমখৈ ঐ থবক অতৈ তৌবা য়াদে।" হৌগৎলকপা তৌদে। মায় ফাওবা হনগৎলক্কে। মমাবোক্কু সোল্লী সোল্লী বোচাগী মনাক্তা চংসীল্লক্লগা হংঈ—"করী পোৎনোনে নংনা থীরীবহুবো ?

: পোৎ অমা।" থওঈদনা খুম্মী। মমাবোক্না ফম্নগা হংঈ—"করী

পোৎনো ? মমীংহু হায়য়ু। ঐনা খংবা ওঈরবদী লৈফমহু তাকপীনীদনা।"
বোচা খুমদে। মানা থীগদবহু থীরী। মমাবোক্না মখা হংঈ—"নংনা চাঈথাঈরীবসীদী হোরেন নপানা চৈরোঈদ্রা ?
: পাবা হল্লক্ত্রা ীভৈদা লোঈনমক লোঈসীনদোঈনী।
: নংনা অস্থক বানা থীরীবসীবু করী পোৎনো ? ঐনা খংবা পোৎ ওঈরবদী লৈফমহু তাকপীগে।
: ঈমাগী ফোতোনী। ভসাঈ ঈনেহলনা লৈ হায়রম্মী।"

মমাবোক্তু বোচাবু থবক সীজীন্নবগী লংলা লংজীন্দু ফংলমাল্লে। হায়—"নমাগী ফোতোদী নখোয়দা কদায়দৈ লৈরম্মনী ? থীরুহু তোকও। ঐখোয়দা লৈবনী। নহালমখৈ নপাদা পীগে খনবনী। ভসীদী নভোন্দা পীরগে।"
বোচাহু মমাবোক্তা য়েংলকই—"অচুম্বগীরা ঈমাবোক ?
: অচুম্বগীনে। হৌজীকমক পীরগে লাকও। ঐখোয়দা চৎসী।"
ভাঈহাক্তুদা মুংভাঈবহু মমাংদা বোচানা অমুক্তা মুংভাঈখীদ্রী। সনা খুদোপ য়াঈওঈবা ফংবদা হরাওবহু হৌজীক বোচাগী হরাওবসীগা মান্নগনী। মমাবোক্কী মাং থারহুনা লাকমীন্নরে। ঈমুংদা চংমীন্নৈ। মমাবোক্না হায়—"বোচা নমাগী ফোতোহু ফী মরক্তা য়াওথীবনী। থীবদা মতম চংগনী। ঐনা থীরীভৈদা নং পুখ্রীদগী ঈসীং বালতীন অমতং সোক্লকউ। পোৎ থীরীভৈদা মীনা ঈনাক্তা লৈবসী ঐদী য়াম্না হৈনদে।"
ভোংলীবা খোংউপ মোক্তা লৌথোক্নে। বালতীন অমা পুরগা পুখ্রীরোমদা চেনখ্রে। নোংমতম্ব বালতীন পুহুনা ঈসীং সোকখীদ্রী। মমাবোক্তু ফী উপু হাংহুনা ফীসীংহু সেমজীনী। বোচাহু ভমবোঈ ভমদবোঈ পুবদা বালতীন্না মখোংদা থাদরে। চৎপদা মখোং সেকলে। অহু ফাওবদা মভোন্দদী চৈনা ফাওদবগুম তৌঈ, সোর সাংনা হোল্লগা মমাবোক্কী মনাক্তা লেপ্লে। হংলকঈ—"ঈমাবোক থেংনরব্রা ?
: থীবা হৌবদা ভাঈরীনে। য়াম্না চেকসীন্না থমথীবনী। পাক থেংনরোই। নংনা ঈসীং সোকপসী ওম্বোক্না থুনা লাকখ্রেদা। বালতীন্দু থম্না সোকলক্ত্রা ?

: সোকলকঈনা। থাজদ্রগা য়েংজরুচো।"

মতীক মওম নত্তুনা বালতীন্দুমা ঈসীং সোক্লবত্থ ফাওবদা পেনবা ওমত্রবী মমাবোক্কু বোচানা য়েংলুনবা হায়রকপসীদদী তুমীন্না লৈরে। বোচাত্থ মমাবোক্না থীরীবা পোৎথীত্থ পেন্দ্রে। ভাইত্তমদনা হায়—"ঈমাবোক খরা থুনা থীয়ুবা।

: হাঈ, তপ্পা থীত্রবদী থেংনরোঈনে। নং ভাঈবা বাররো? অত্থ ওঈরগনা ভাঈবা বাদনবা নং স্তমাংদগী ফৌত্থ খরা লোকসীল্লুচো। ফৌরা মনাক্তা থুমোক লৈহৌবনী। ফোতোত্থ থেংনরগা নংবু হেক কৌরক্কে। ঐনা হায়বা য়াদ্রবদী ঐদীনে ফোতোত্থ থীরোঈদবনী।"

বোচাত্থ বা ভাংলমদনা মপান্দা থোকখ্রে। মমাবোক্না ঈমুংদগী লাউরকঈ—"বোচা, ফৌ লোকপা লোঈরগা চংলকপদা পোলাংথোক্তা ফৌরীবা ফীসীংত্থ খরা লোকসীল্লকউকো।"

ফৌ অমুক্তা লোক্তবা বোচাত্থ খরা থুনা লোকসীন্নবা হোৎনবদা মথুক্তা ফৌনা যুরে। অত্থবু কুঈনা নাবা ফাওদে। ফৌ লোকসীনবা লোয়রগা থুমোক্কু খা চীক্কুনা লৈজবা পাঙ্গল থৌনা পুথোক্লগা থাংজীন্নবা হোৎনৈ। মতীক মংমদী নত্রবনীনা তুসীন্দুনা ফৌ খরস্ত হৈদোক্লে। মত্থ খুী-ভৈদা মমাবোক্না লাউরকঈ—"ফৌ মরু অমত্তা তাহনগনু নত্রবদী ঐদীনে ফোতোত্থ পীবোঈকো।"

বাত্থ তাবদা ফৌ ফৌকমদা অমদী হৌজীক হৈদোকথীবা মফমত্থদা য়াম্না তপ্পা চংত্থনা, মুন্না য়েংত্থনা অতাবা ফৌ খুল্লে। ফৌহাম ফাওবা থুঙ্গীল্লী। থুমোক্কু মফম চানা থমলে। পোলাংথোক্তগী ফীসীংত্থ চেন্দুনা লোক-সীল্লগা মমাবোক্তা পী। হংঈ—"ঈমাবোক ফীসীংসী কদায়দা থম্মুগে?

: ঐঙোন্দা পীরকউ। ঐ থুপচীনগে।" থীবা লেপ্লগা ফী থুপচীল্লী। মত্থদা বোচানা হায়—"ঈমাবোক ঐ অমুক থীগেদো?

: নংনা থীবা হৈরোঈ। ফী থুপচীনবা লোয়রগা অমুক থীবীগে।"

উপায় লৈত্রত্থনা বোচাত্থ তুমীন্না মমাবোক্না তৌরীবত্থ য়েংলী। ফী থুপচীনবত্থ খরা থুনা লোয়নবা মরক মরক্তা হায়—"ঐ পায়গে, ঐ থম্মুগে, ঐ থুপকে।"

ঙাঈহাক লৈরগা মমাবোক্না হায়রকঈ—"বোচা ঐদী ঙসাঈমখৈ কাউ-থোকলুরে। নং ঙুকান্দগী অচা-থাওগা হৱাঈ মুগকা অমুক্তা লৈরুচো। নংনা হল্লকপদা নমাগী ফোতোচু সোয়দনা পীরগে।
ঃ পীনীদা হায় ঈমাবোক্না। পীদী স্থকপী পীদে।
ঃ হন্দক্তী সোয়দনা পীরনী। য়েংউ নমাগী ফোতোচুগা কাপমীন্নবা ঐগী ফোতোসী থেংনরবনী।" হায়রগা অমনবা ফোতো অমা উৎলী। হৱাওরবা বোচানা হায়—"ঈমাবোক ফংনবা থীরম্মু। ঐ ঙুকান্দা চৎলুরগে।" সেন, লীক্লী, থাওমচা অমগা মমাবোক্তগী লৌরগা বোচাচু হৱাওনা চৎখ্রে। মপা ময়াম্বনা মাবু মথন্তা ঙুকান্দা চৎহন্দবনী। নোং-ফাদোক ময়াম্বগা নক্রগা মপাগা চৎমীন্নবচুস্থ য়াম্না চেকসীন্না সেন্নজবনী।

চৎপোঈ চেনবোঈ লাকপনা মথোয় লৈকায় লাম্থোক্লে। থংনবা লৈকায়দা লৈবা ঙুকান্দু য়োঁগদবা লাপত্রে। লম্বীদা পংচাউ চাউদবা উ অমা ফৈনা তাডুনা লৈরী। উচু য়ানবা মী ওঈরমাল্লে ৩, ৪ স্থু উচুগী ৱাংমদা মুংবংননা ফম্বী। মফমচুদা করী তৌরম্বা, করী থোদোক থোক-থীবা, মীসীংচুনা করী ৱা থন্নরীবা বোচাদী থংদে। মপুক্লীংদা লাং ফাং খন্দে। লৈরন্নীবা মীসীংচুনস্থু বোচাবু লাপ্লীডৈদা উদমাল্লে করীস্থু হায়রক্তে। ঈনক নক্না বোচানা চৎলম্বচুদা পাখৎনা নুপা অমনা লাউ-রকঈ—"হায় অঙাং! সোমদা লাক্কনু। অসোমদা কোঈথোক্লগা চৎলুনে।" মানা লাউরীবচু থেংমনখ্রে। বোচাগী মখোংনা ঈলেক্ট্রীক তারা নেংখ্রে। তুরীবা উচু য়ানবদা তারাচু তৎপনী। বোচাচু খোঞ্জেল হৌনা লাউরমলগা তারা মথক্তা তুসীনখ্রে।

তাং ২-৫ ৯২

# থোৌদাং

খুলগী ময়ায় ফাওনা চেল্লীবা তুরেলগী তোর্ব্বান্দা সাবা য়াম্না পীকপা খাংপোক্লনী। অতোং অকুৎ নাঈবা অপীকপা মাঙোন্দা চহী ১২ মুক্কী মুপামচা অমা অনাবা ওঈনা হীপ্লী। মানা হীপ্লীবা কৌনা ফক্তু মনীং মমাং ঈতৎ তৎলে। কৌনা খরস্থ চেম্থোক্লে। খাংলীবা মোন্দুস্থ চক্লনা সাবনী। সুপ্লীবা ফীতুস্থ মচু থোক্ত্রবা সেগায়রবা ঙবোংনী। অঙাংতুবু পুক স্থরীবা মাঈবতুনা ফম্লীবতু ফালগী মওংদা থাংনা কক্লগা সেম্বা উ মককনী। ফৈজা সানবা খরা চাউবা ফী অমা ফাওবা লৈতবদগী বো'রা সেগায়বনা ফৈজা সারগা মথক্তা খুদৈ মচেৎ অমনা কুপ্লী। মাঈবনা হায়রকঈ—"কায়দে গীরানী অঙাংসী মমা মপাগী মনাক্তা থীনবীনবা তৌ। নংগী মীঙোন্দা লাঞ্জরাঈ হায়তুনা লৈবতুনদী নাকল অহুম্মক্তা অফবা ওঈরোঈ। নংস্থ মীংচৎ থীরক্লনী। পেন্দবগী ব্লাকংস্থ তারক্লনী। মমা মপানস্থ মচা সেম্বীদবগী অমদী অতৈ মরম কয়াদগী নংবু ব্লারোগনী মুপামচাসীনস্থ মনীং থুংলোঈ।"

গীরানী খুমদে। তুমীম্না কংক্রন্দা হীদাক হাপ্পনা সেমলী। সেম্বা লোয়রগা কংক্রেন্থু মাঙ্গংগী মনাক্তা থম্মী। হায়—"খুবা হীদাক থকসী।
: নং হাম্না মৈ চাকলকউ।" হায়রগা খুৎফম হোংঈ। মখাস্থু তারকঈ—"নংনা থোনা ফবা ওমদবগী মরমদু ঐস্থু থংঈ। মী অতৈ ওঈরম্বদী নহান্না অঙাংসী থীনবীরম্নী। হৌজীকস্থু মতম লৈরী। অঙাংসী থীনবীখো। মতম অমদা নংতগী নরাল ওঈরক্কনী।"

গীরানী নোম্থনা বরীগুম্বা অমা খল্লী। মতুদা মাঙ্গবনা হায়—"নংনা খল্লীবদুনদী ফোন তারোঈনে। কয়াম থুঈরবনো নংনা অদুম্না থল্লক্লীবসে? মদুনদী ওঈবা য়ারোঈকো।" হায়রীবসী মাগী ফনবনী। মসী গীরানীস্থু থংঈ। থবক ওঈনা পাংথোকপদুনী মঙোন্দা লুরাবদী। অনাবা হংবা লাকপীবা, মাবু নুংসীবাবা মী পুম্বনা অম্মা হায়বীরম্মী। গীরানীস্থু অঙাংসী থীনবীরগে হায়না খল্লবনী। অঙাংদুস্থু মমা মপাগী মনাক্তা লৈনীংবগী মওং উংলবনী। গীরানীনা খল্লীবনা অনা অয়েক নংত্রীঙৈদা অঙাংদু থীন্দ্রগা লায়েংবগী দরকার লৈরবা মতমসীদা থীনকঈ হায়দুনা খেতোম্না নুংঙাঈরোঈদ্রা অসীনী। অমত্তা পোকচবা মচাদুনা সাউগনী বাজবা মমা মপাগুম্না গীরানীস্থু খেতোম্না বারোঈগদবা অমদী সাউগদবদুগী খনবদা মীপাঈবা পোকঈ। বাফমসী চীংনরদুনা গীরানীনা হুংঈ—"খুরা অনাবা অঙাং থীম্লকঈ হায়দুনা খেতোম্না সাউরে ঈদ্রা?
: থক সাউরোঈ। সাউরোঈ হায়বগী থাজবা প্রমান লৈ।" গীরানীনা পীরকপা কংক্রেন্থু খুং ওঈনানা পায়রগা অমুক অন রক চীংঈ। মখা তারকঈ—"নং মনীং লৈকায়গী নীলোদু থংঈদনা? হেরা মচীন-মনাও-সীংগা লৈমীম্নবা য়াদবদগী লবুক্তা চোংথোক্লগা লৈবদো?
: থংঈ। খেতোনগস্থু তীম্নরম্বনী।
: হো, মানা সারকপা বারীনী। থরদী কুঈরে। নহাল নোংমা মানা ঐগীদা লাক্লগা হায়রম্মী। খেতোম্না মচা নাবগী পাউস্থু তারে। মচাসী মনাক্তা থম্মগনী। নংবু য়ানবা ঙাংনবা ওম্বা মী থীগনী অসানী।" ঙাঈহাক লেপ্লগা হীদাক্তু অমুক থকঈ। মখা হায়রকঈ—"খেতোন্দু মচা-মুপা সীমতা ঙাঈরমাস্লে। অদুনস্থু মনাক্তা থম্মীংবা ওঈরনাস্লে।

: খুরা নীলোহ্নু খেতোনগী লৈফমদী খংদবঙ্গাংলা ?

: মহুদী ঐস্নু হংহৌদে। মানস্নু হায়রমদে। ঐনা খনবদী নীলোহ্নু খংলমগদবা মাল্লী। ঐ লোন্না হংলক্লে। তাক্লকপস্নু ময়াঙ্গী।"

ঙাঙ্গইহাক্কী তুংদা মাঙ্গবা হনগ্রে। ফল্লাং ময়াদা লৈরীবা মপান কায়রবা গ্লাসংগী হীদাক্কু লৌরগা অঙাংহুগী মখোং মখুত্তা তৈবী। খুদৈগী ফানানা অঙাংহুগী মমায় মমীৎ নাম্বোকপী। অঙাংহুদা য়েংলগা গীরানীনা থল্লী—"মপা নত্রগা মচানা মপোক বয়ামুক থীরক্কুনা মপা-মচাগী মরীসী অস্নুক য়ান্না থাপ্নখীবনো।"

খেতোন্না তৌখীবসীংহু য়েংলগদী গীরানীনা হীংচাবগী সক্তম লৌবা য়াঙ্গী। মহুদা গীরানীগী থম্মোইনা ঙম্নরোঙ্গী। মহাক ময়াম্বনী হায়বসী কাউদে। খেতোনহনা ময়াম্বনী খন্দবনী। মহুমক্তনা থোকফদবা থৌ-দোকসীংহু থোকখীবনা। মতমহুদা খেতোন মমাম্নবা খরগা থীকা তৌরী। থীকাদা সেন ফংঙ্গী হায়বদী মীনা তৌবহুদগী ভাহুনা খংঙ্গী। করম্না ফংবা কমদোনা থীকা তৌগনী হায়বদী মহাক খংদে। মসীনা সেন পুথরে। সেন্দোনবা হায়বা মীংথোলহু ফংলে। ঈকুঙ্গ কুঈদনা সেনবুসীংগী ফজবা সাবা রাহৈ অমদী অথীবা মীচৈস্নু তারে। করীগুম্বদা হংকে তুপকে হায়বগী কৌহনবস্নু য়াওরকঙ্গী। খেতোন থোঙ্গনা মীপাঈবা উদে। হোতেল অমুক ফম্মী। খরা লৈরগা লৈকায়না ঙাংনরকঙ্গী—"খেতোনগী হোতেলদী মপান্দনা অচা ভথক মথংদনা নেসা য়োনফমনী।" কনা অমনা নীনফুং নীনফুং ঙাংনরীবদী মাগী হোতেন্দা হেরোঙ্গন নম্বর ফোরস্নু য়োল্লী হায়বসীনী। রাফমসী কদায় ফাওবা চুম্বা লানবা হায়বহুদী খংনদে। তৌবদী খুন্দুদা নম্বর ফোর চ বা নহা ৫, ৬ লৈরে হায়বা খংনরকঙ্গী। মীয়াম্না চীবোন চীবোন ঙাংনরবস্নু খেতোন মাগী অনৌবা সীনফমহু তোল্লী। লাঙ্গবক থীবদী নুমীদাং অমা সেনবু ময়ামহুনে ক্রবকী নহারোল ময়ামনে, থৌদোক রাথোক্তা ভাবোক ওঙ্গগনবা মখোয় খরনে অহুগা খুলগী মচীন চৎপা অহল খরগা পুন্না খেতোনগীদা লাকখী। রাফমদী খেতোনবু খুন্দগী তাম্বোক্কনী হায়বসীনী। ময়াম্না লাকপা মতমহুদা খেতোনগী রুমহু থোং লোল্লম্মী। অমনা চংসীন্দুনা থোংদা

থৌল্লগা কৌরুঈ। কনা অমত্তা থুমক্তে। খুমত্রৌবত্তু তাসীন্নদবনী হায়না মীয়ামত্তুনা লৌঈ। খাম্বা নংহৌদে। সাউরবা নহা থরনা খেত্তোনগী য়ুমত্তু মৈ থারকঈ। খেতোন্দু মী হাৎপা ওম্বা মহীক্ম্বনী, মহীক্তী মৈদা থাত্তুনা হাৎকদবনী খল্লুরমাল্লে। অরাকপা মী মখৈ চপ মান্নমা লেপ্লখী। মৈ চাক্লবা য়ুমত্তু কনা অমত্তা মৈ কলহন্দে। ওক্তবা ময়াম্বা ওঈরুবগী খুদোংথীবত্তু নংহল্লী। খেত্তোনদী থৌদোকসী থোক্লরগনী হায়বসী হান্না থংঈ। গীরানীনা খেত্তোনগী য়ুমগী থোংত্তু নমথেক্লুনা চংলুবদা ঈমুংদা কনাস্তু লৈরমদে। থোং পুনা পাল্লগা মনীংথোংদা চৈনা ওাক্লগা থনম্ব-জাৎনী। মসীগী চান্নবা প্রমান্দী থৌদোক্তু থোক্ত্রীভৈ পুং খরগী মমাংদা খেত্তোনগী নুপীনা, গীরানীগী মচাসীংগা ঈমুংদা লাঈরীক ওরাঈরীবা মচান্নপাত্তু কৌঈ—"নাওচা নং অমুক্তা লাকখো।
: তল্লী ঈমা। ঐ লাঈরীক ওরাঈথৌনী।" অঙাংত্তু মমাগী অনীংবত্তু থংদবনীনা লাকউ হায়বা য়াদ্রে। অয়াম্বা মতমদস্তু অঙাংসী গীরানী-খোয়দা লৈ। মমাত্তু থোঈদৌ সাউগৎলী। পাঙ্গল থোকপা য়াদ্রত্তুনা হায়—"হান্না অমুক্তা লাকখো। অত্তুগা চৎলোবা।" মাগী ৱাঙাংত্তুদা মীপাঈবগী সোর য়াওরী। মখা তানা অমুক হায়রকঈ—"নং লাকউ য়াদ্রবদী ৱাক্সহৌনীকো।"
মত্তু তাবদা খেত্তোন্না সোম্বাংননা মাগী নুপীবু খামখী। অঙাংত্তুনা ওমত্তুনা মমানা কৌবত্তু চৎখীদে।

নুমীৎতুগী থৌদোক্তু অত্তুক হাক্লস্তু তমথীবা অমদী সাথীবা ওঈ-রুমদবা য়াঈ। তুংদা হেন্না ফরক্লোঈদবা উবদগী মীয়ামত্তু খোঈসাউন-থীবনী। খুন্দুগী নম্বর ফোর চাবা নহা অমা সীরে। নম্বব ফোর চাবা খেত্তোন্না তন্বীবনী। নুমীৎসীগী নম্বর ফোরস্তু খেতোন্দগী লৌবনী। মত্তুনা ৱাহৌ ওঈরগা মীয়ামত্তু হৌরকপনী। মত্তুগী মথক্তা সেনবুসীংত্তুনা মথোঈ হাপকৎপনী। য়ান্নমক পেন্দবদী উহৈ নত্রগা লৈ হেকপদা উসা থুদেকপসীনী। মৈদী মীসক মীমায় য়েংনা চাকপস্তু নত্তবনীনা গীরানীগী য়ুমত্তুস্ত তাঙ্গোঈ তাহনবীরে। ইংখোলত্তু সেন্দোন সক্লুনা লৌথ্রে। মখোয়বুনা খুন্দগী তাম্বোক্লে। গীরানীনা ময়ামদা হায়জবা নোঞ্জবা

অরেম্বা তাঈ। খেতোনগী মওংদু নীংসীংলগা মীয়ামনা গীরানীবু কৈগী মকোলগুম খন্নরমাল্লে। মাগী রাহৈ খুদীং কৈগী মকোন্দগী থোন্নকপা কৈগী খোঙ্গেলগুম থোক্লবরা ? গীরানীগী ঈমুংদু মীওঈবা থুনাঈগী মনুং চল্লুরবনীনা য়ুম দরকার ওঈ। য়ুমফমদী লৈত্রে। অমুক্কা হন্না ময়ামদা নোঙ্গরকঈ। খুন্দুগী মচী লমহাংদা য়ুম্ফম অমতং পীবীনবা। মামক্কা লানবদী নত্তে। খেতোনবু চংহনগনু হায়বসীনা অথীংবা ওঈরগা তুরেল তোর্বানগী লমহাংসীদা লৈবা য়াহল্লী। ওসীগীনা করী, হয়েংগীনা করী নোংদম্বা মানা মখোয়দা তম্বীরীবা খন্দনা ওসী ফাওবা গীরানীগী ঈমুংনা হীংলক্লী।

নুমীৎ য়ুবা মতুংদা মাঈবদু গীরানীগীদা লাক্লগা রারম পুন্না তম্লরে। খেতোনগী লৈফম, বস তীকেৎ ককফম, বস তোংফম, কদাযদা কুম্বা, কদোমদা চংপা তাল্লকঈ। নীলোনা অঙাংদু থীনবীরুগে হায়রকপদুসু তম্মী। মতুদী গীরানীনা য়াদ্রে। ম মক লৈরগা মচাগা চপ মান্নরীবা, মসাসু চমদ্রবা অঙাংদু মীতোপকী মক্কমদা সীন্নীংদে। নীলোনা অঙাং-সীবু থৌসাবীরোঈ হায়বগী নত্তে। মাতনা থরায় রাজত্নুনা অঙাংসা মমা মপাগী মখুন্দা মসামক্কা সান্ননীংবনী। মাগী অঙম্বা পাঙ্গন্না অঙাংসী থীনগনী লেপ্লে।

হুন্নীসুবা নুমীৎন্নী। নোংঙাম্প্রীইদেগী হৌনা সেম সারকঈ। মমা মপাগী মনাক্তা চংলনী হায়বগী হরাওবনরা অঙাংসী মমীৎ মনা খরা সাংবগুম উঈ। গীরানীগী নুপীনা য়ুনাক্তা চাক থোংঈ। থোংনবা য়েনসাংনা মঙোন্দা অপনবা ওঈররে। মখোয়গী পোৎ থানবা ঈংখোল লৈতে। য়েনখাদা হৌরীবা থামেন পানী ৫, ৬ তুসু তোয়না হেক্লবনীনা মচা ফাওবা পান্দ্রে। ঙাঈহাক্তী করী থোংসীগে খল্লী। চাকথুমগী মতাংদদী চাকথোংবীগী হৈ-সী বা লৈজ্জে। থামেন মনাদু থুদাপ ১, ২ হেক্লগা থোংঈ। চাক থোংন থোংনা অঙাংদুগী মখোং মখুৎ হাম্বী। গীরানীনা মরক মরক্তা হায়রকঈ—"খরা খুৎলৈ থুনা হোৎনোকো। বস নংহৌরোঈ।"
গীরানীগী নুপীদু থুম্বা ফাওবা সংদনা থবক তৌরী। চাক থোংবগী মৈদু মৈচাক খরা ফগৎনবা সাঈজীন্দগী চরু খরা সৎলগা থাঈ।

উটীল্পা চাক লোয়রে। অঙাংহু মচীন মনাওসীংগা চামীন্নহল্লে। চাক তোকপগী মচীন তৈথোকপীরহনা গীরানীগী মুপীনা অঙাংহুদা হায়—
"হয়েং নংনা চাউরগা ঐথোয়গী সীদা মরক মরক্তদী লাকউকো।"
মথোং মরমদী খংদনা অঙাংহুনা হায়—"উং"। মীঙোন্দগী খুংস্থমল হান্না লৌরগা লৈবা ফুরীৎ খোংগ্রাওহু অঙাংহুদা সেৎপীরীদো গীরানীনা মপান্দগী লাউনা হায়রকঈ—"মফা সেৎপীগ্রীবনে। থেংখীদোরেনে।" গীরানীগী মুপীনা অঙাংহু পোরগা পুথোরকঈ। মাঙোন্দা অঙাংহু গীরানীগী নঙ্গলদা থোনগংলে। হায়রকঈ—"নাওচা নং নাবা থুনা ফরোকো।" মপী তারকঈ। অঙাংহু পোরগা গীরানীনা চৎপা হৌঈ। গীরানীগী মুপীনা হায়—"নাওচা, হয়েংবাঈ চাউরগা লাকউকো।"
মমানা কপ্পা উরগা মচাসীংহুস্থ পী ঈরা চেন্নরকঈ। থোংনা খুম্বোং কৈথেল ফাওবা থে'রক্লে। ফনা কুঈনা ভাঈরবা তুংদা জীরীবাম য়ৌবা বসতু লাক্লহুনা তোংলে।

ইম্ফালদগী কীঃ মীঃ ১৯৪ লাপ্পা লৈবা কৈফুনদাঈদা ওম্বোক্লা ৱানা য়ৌরে। মতমহু মুমীদাংৱাঈগী পুং ৫ তারে হায়। বসতগী কুম্নগা অঙাংহু পোরে। অৱাং পাংনা খোংনা চৎলী। চীংমী খরস্থ মাগী খোংবুনী। মসীনা মঙোন্দা সাফে। লম্বী খংদবগী, লম অনৌবদা চৎপগী অকীবা মঙোন্দা হৌজীকমক্কীদী লৈতে। য়ান্না ৱানা ময়ামগী তুং ঈন্দুনা চাউরাক্লা কীঃ মীঃ ১৭ মুক চৎলগা মান্দু খুঞ্জীন য়ৌরে। চৎমীন্নরীবা নহা অমনা হায়বদা মতমহু পুং ১০ হেল্লে। লাকমীন্নবা মথোয় খরহু তৌসেমলোমদা চৎগ্রে। মান্দু খুন্দা চংগদোবসী মবানীতনী। চীংথক্লা লৈবনী। মুমী-দাংনী। মরোলস্থ খংদে। জাৎস্থ মান্নদে। খুদোং থীরোঈ তম্বা ঙমদে। তঙাঈ ফদনা মুমীদাংসীমদী চীংখোংদা তুম্বা তারে। অঙাং পোরকপা ঙবোংহু লৈমায়দা থারগা মবানীমক হীপমীন্নে। অঙাংহু তুমগ্রে। গীরানীদী তুম্বা য়াগ্রে। সকখংদবা লমনী। সা লাকপা য়াঈ। মমাংঙৈগী লুখা থাবগী চৎনবীহু লৈরমহুনা মুমীদাংদা মী থীবা কাংবুহু লাক্লগনা কমদোবা? ফনা থেংবা ফাওবা গীন্নানীহু তুম্নমদে। অঙাংহু য়েংঈ। মাগী ৱাখলদা তুমদে খগ্নরবস্থ মহাক উঈরুরে। শ্রোৎ শ্রোৎ লাউবা

মখোল অমা তারকপদগী ফুক হৌগৎলগা অঙাংহু কোনখৎলী। মতেক খরসু চেল্লী। পংচাউ চাউদবা মুংহুম অমা মথক্তগী তায়কঈ। মথন্ত ওন্থজবদী মাঙ্দে। সানা চৎপদা থেংলমব্রা ? মাগী ভাবনরা ? সাহীং নম্বগুম তৌবরা ? থাপ্পা লৈহৌরবা য়ুমগী সনামহীবু মসীং খংদনা থম্মোঈদা খুরুমজরকঈ।

নোং হেক ঙানবগা অঙাংহু পোখৎলে। খুল তাবা খোংলম্বীহুদা তপ্পা কারকঈ। অঙাংহু মতমসীদা চাক লাম্মী হায়। মুমীদাং চাক চাখীদবনী। খেতোনগী য়ুম য়োরগা চারসী হায়বা নত্তনা গীরানীগী উপায় লৈতে। পোৎথা পোৎথা লাকপনা ঈহান হানবা য়ুমহুগী মমাংদা লেপ্পগা হংঈ –''য়ুমসীবু মী লৈব্রো ? বা অমত্তা হংজগে।''
৪, ৫ রক কৌরবা তুংদা হন্নুবী অমা থোরকঈ। মখোয়গী লোন্দা ঙাংলকঈ—''কৌ হীলিয়া ?'' (কনাবু থীবনো) গীরানীনা অহন্দুগী মনাক্তা চংসীলগা হায়–''ঐদী ঈমাখোয়গী লোন্দু খংদেনে। মীতৈলোন্দা হায়য়ু।''
অহন্দুসু মীতৈলোন খংদমাল্লে। ঙাংলক্তে। গীরানীনা অমুক হংঈ—
''ঈমা, মী অমত্তা হংগে ?''
অহন্দু বা ঙাংদনা, মাঙ্গোন্দগী কুমথরগা মথকলোমদা চৎকম লৈরীবা লম্বীরোমদা চৎলী। খরা চৎলগা গীরানীদা ওনসীল্লকঈ। লোয়ননা গীরানীহু মফমহুদা লৈরম্লবা, অহুগা মানা চংথক্তগী মী কৌরুগে হায়বগী মখুৎনা খুদম তৌঈ। গীরানীসু খংলে হায়হুনা কোক নোম্মী। অহন্দু তপ্পা চীংথক্তা কাখৎগ্রে। ফনা কুঈনা লৈরগা পাখং মচা অমগা লাকমীন্নে। পাখংহুনা গীরানীদা হংঈ—''করীগী লাকপনো ঈপা ?
: ঐ রমবুঈগী মনাক্তা লাকপনী। মাগী য়ুমসীবু করম্বনো ?
: করী থবক্কী লাকপা ?
: ঐ মাগী ময়াম্বনী। অঙাংসীনা মাগী মচানী। অঙাংসী মখোয়গী মনাক্তা থীল্লকপনী।'' গীরানীনা হায়রীবসীদা পাখংহু য়ানীংদ্রে। গীরানী মীতৈনী। রমবুঈ চীংমীনী। করম্মা মচীন মনাও ওঈগদৌরীবা ? হংলকঈ—''করম্মা মীতৈ নংনা রমবুঈগী ময়াম্বা ওঈবনো ?
: অসেংবনী। ঐ রমবুঈগী ময়াম্বনী। খুলসীগী মী খরদী খংনরমগনী।''

পাখংহু অহন্দুদা ওনসীল্লগা মখোয়গী মরোন্দা ৱারী সান্নে। অহুগা গীরানীদা হায়র্রকঈ—"চৎসী। রমবুঈগী য়ুমহু তাক্কে।"

খ্বাঈগী মথক ঈথং থংনা লৈবা য়ুমহু তান্না লাক্লে। পাখ মচাহুনা মখোয়গী লোন্দা মী কৌরুঈ। মহুংদগী হুপী অমনা খুমলকঈ—"কৌহা ?" (কনানো) রমবুঈগী হুপী থোরকঈ। চহী তরেং উনখীদ্রবনরা গীরানীদা করীমত্তা হায়দে। মকোকস্ত ফীনা খুমদে। গীরানীনা হায়—"ঐনী ঈবেম্মা। নাওচাসী থীল্লকপনী।" চংসীল্লগা মাঙ্গোন্দা অঙাংহু তপ্না থাবী। হান্দোরক্লগা হায়—"মসাস্তু খরা ঙমদ্রবনী। অতুদা ঐনদী লৈতবনীনা মাবু মত্তীক চানা লায়েংবা ঙমদ্রে। নখোয়গী নাক্তা থম্বনা চুমগদ্রা থন্দনা থীল্লকপনী। নাওচানস্তু চৎনীংবগুম তৌঈ।"

রমবুঈগী হুপীহু মতৈলোন ঙাংবা হৈত্রবগুম করীমত্তা হায়দে। অঙাংহু লেপখৎহল্লগা ঈমুংদা চংমীন্নে। থোংজীল ময়াদা লেপ্লগা হায়—"নাওচা মপাদী লৈতে। উনখীদ্রা ?

: কদায়দবু চৎখীবগেনে ?

: খুল লান্না চৎখীবনী। হুমীৎ ৪, ৫ নীগী থোংচৎনী।"

কামন্নরকপা চীংমী পাখংহুনা হায়রকঈ—"ঙরাং ফাওবদী লৈবনীদা। তমদগী মী লাকঈ নোংমা নীনী চৎথোকওঈ হায়বনী।

: অরাকপা মীহুগা চৎথ্রে" রমবুঈগী হুপীনা খুম্মী। অহুগা ঈমুংদা চংখী। চীংমী পাখংহুনা হংলকঈ—"ঈপা ঐ মখাদা কুমলগে য়াব্রা ?

: ঐস্তু চৎলগদবনী। কুম্মীম্নরসী। নখোয়গী লৱীসী ঐদী চৎফম থংদে।"

হায়রগা ঈমুংলোমদা ওনসীল্লগা লাউনা হায়—"ঈবেম্মা অঙাংহু চাক লাম্মী হায়বনী। থরা থুনা থোংলগা পীজোকো। মসা ঙমদ্রীবহুস্তু মাঙ্গবা কৌরগা য়েংহল্লু। নাওচা, ঈপল চৎলগে। নং নাবা থুনা ফরোকো।" ঈহাং হাংনা পাখংহুগী মতুং ঈন্দনা কুমথরকঈ। অঙম্বা চীংলম্বীহু কুমথবদা মঙোন্দদী খুরৌ থাংবগুম্মী। ৱাথলনরা ? অঙাংহুনা কৌরকপগুম, কপ্পগুম তাই। চৎপা লেপ্লগা ঙাঈহাক্তং লেপ্লগা তুং হন্না য়েংলুরী।

তাং ২৭-৫-৯২

## দাকক্ষম

এরোপ্লেন মখোল তারবা, লৈচীল কুংনা থারবদী ঐহাক তসেংনা পাখৎলী। লাঈমন হৌঈ। নীংবা য়াবা, সোনবা য়াবা লাঈগী মমীংসীং কৌহ্নুনা সোগ্নী। মীৎ উঈসীন্দুনা, ঈসাসী লেংদবমথৈ থঞ্জে—"নোং-থক্কী অপাঈবী, অখোংবী নংবু মায়কৈ অসোমদা পাঈরক্রনু। নমায় লৈগ্রে। কোরৌ অঙানবা নংসু থরা থুনা খোরক্লো। অথাবা লৈচীলগী মপৈসী মাংহল্লরো।"

মসী অমুক অনীরক্কী বা নত্তে। মতুসু থম্মোঈগী মীহুন তং-তং চোংবগা লোয়নননী। লানমৈ চাকপদা য়াওরুবা সজ্ঞীনা অঙাংবা চীংমায় উরগা পংচেন্দা চেল্লী হায়বতু চুম্নমগনী। পাংদবা অমগুম্না ঈসাগীদমক পাখৎচবা হুংশা থীজবা নত্তে। মরাঈবক ফত্তবা সজ্ঞী মাগীদমক উমংহুমা মৈ থাবদা মরাল লৈজত্রবা উমংগী থরায় পানবসীং পুন্সী পীথম্নবতুনী ঐনা য়াম্না পামজত্রীবদী। মসীগী মথক্তা অচৌ পীশক থায়বা, মীসক মীমায়

য়েংবা তাঈবংসীংগী খোওংদা ঐহাক্লা মরম ওঈত্থনা অতোপ্পসীংবু অরাবা নংহন্দুনা মথম্মোঈ খুত্থম হুত্থনা খাংবত্থ ঐহাক তসেংনা পামজদে। থেকথীবা থোদোক্লুদস্থ থরায় পানবা কয়াগী মোংফম ঈথকসীদা লৈরীবা দাকফমসীদা ওঈখীবনী। অত্থবু খোঙ্গুল লীনীনীংঙাঈ লৈবা মখোয়গীতা থরায় মাংবগুম লৌনখীবনী। য়ুহারাবনা চেক্কী য়ুম থুদেকপত্থ অমাং অতানী। থম্মোঈ কায়নীংঙাঈনী রাগী থাংপোক তেকপদী অমাং অতা নত্তে। থোঙ্গদোক্লে। মসীদা কনাগুম্বগী থম্মোঈদা পেন্দবগী মৈনা চাকফম থোক্তবরা? হুমীৎতুগী, পল্লোন লান্না লাকপা তাঈবংসীংগী মরক্তা অয়াম্বনা মসানা লেপ্লীবা ফীরেপত্থদগী অতোংবা, অহেনবা মফমদা কানবা হোৎনবা ঙাকনী। নাকল অমদদী – "নোংজুগী চৈথেংসী করম্বা মতমদা লোয়গবা, চারা চাক্তাবা য়াগবা" খন্দুনা মখোয় মসেল মসা তাসীঙ্গা, পীক্লবা মচীন্দুনা চোৎলবা মতুসীংত্থ কন্থোকচরত্থনা লৈরীঙৈদা পুন্সী পীখন্নখীবনী। থরা অমনা খোংনাঈদবী ওঈরুবনা খংন উনা অসীববু মনাক্তা কৌসীপ্পত্থনা তাঙ্গোঈ ওনখীবনী। উহৌদ্রবদী অরানবনী। তাহৌদ্রবদী খংদে। তাক্তুবদী হৈতে। হায়দ্রবদী চৎলে ঈ হায়গদ্রা? ঈথক লান্দুনা খুল্লানবা তাঈবংসীং, মচা মস্থ ঈমুংগী চাক-থাক্লা মথক্তা নল্লবা কয়াস্থ তাঙ্গোঈ ওল্লম্মোঈ হেক্তা হায়রগদ্রা? থম্মোঈ সোক্লীবদী সাদোং ওল্লবা হকচাং মচেৎ লোয়নমক্তু মমীং লৈহৌবা মখোয়গী ওঈখী। পীখীবনী অরা অনাগী তেম্বাংস্থ। কৎনখী হৈ-লৈ, নীংসীং খুদম কয়া তাঈবং মখোয়গীদমক্তদী। থৌনা ফবা, মথৌ খংবা, মীয়ামগী থবক্তা থরায় য়াওবগী তাঈবংনা তাঈবংদা মখোয় মসেল থাক রাংথৎনবগী, থাগৎনবগী, ঈকায় খুম্নবগী মীংথোল কয়াস্থ খুদোলনখীবনী। মখোয়গী অতোম অরেমত্থদা কল্লক থম্বনবদী নত্তে। য়ানীংদবা অমদী হায়নীংঈ। চেকসীপ্পদবদগী মসাদা অসোক অপন থোকপদা লায়েংনবা কোঈচেন চেন্নে। ঐঙোন্দদী তাঈবং মখোয়না থম্বা দাকফমসী কোক্লবা থঞ্জীক্তুং ওঈরবস্থ বনানা হোৎনবীবগে? মসীগী মথক্তা হুমীক্তুদা নৈথেকপীরম্বা মাংহনবীরম্বা কয়াত্থস্থ অমুক হন্না সেমজীনবীরমবগে? ঐতগী ঈরাল ওঈহল্লব্রা? মী থরনদী ঙাংনখী। থোদোক্লুদা চেন্নথ্রবা

থবায়সীংথুগী মনুংদা অমনা দাকফম ফংহৌরবা ঐঙোন্দা হৌনদবা মরাল লংজরমগনী। মহৌসা খুৎসেমগী চাদা-নাওদা ওঈবসীংদা মীৎয়েং কাবল য়েংলুবা য়াদে। বাহৈ কারল হায়রুবা চুমদে। অতুনা খোঁদোকসী খোকপনী। মাগী মাগী অনীংবথু হায়নরবসু তুমীন লৈজবা ঐহাকসী মরাল থৈজীনফম ওঈরব্রা?

থোকখীবা থোঁদোক্কুগী মরালসী অতৈগী ওঈরবসু ঐগী ওঈরবসু ঐগী, নংগী, মাগী মরালনী হায়বগী মরমদা য়েৎনদবনা ফৈ। মরমদা সগোলনা লৌ চারগা ঈরোঈদা ফুনবা হোৎনরীবা লমদমসীগী চৎনবীনী। ব্রাফমসীমা নাথৈরগা হায়নীংলীবা অমতংদা মোঈরাংগী বারী সাংবুন্দা, বাথোক থোঁদোক অমগা মরী লৈনননা কংলা উব্রাগী সনা য়ুম্বীদা থাংনা থমখাবা দাকফমসীং, খোংনাং হোগায়বীগী অহোবা দাকফম, অব্বাগী কাউংমুদো পাগোদাগী খোংবাদা পামহৈবনা হুকখীবা থাংগী দাকফম অমদী অতৈ দাকফম কয়া উন্নমবসীনা মাগী মাগী থোঁদোক্কুগী লংলা লংজীন ওঈহুনা তুংগী মীরোন্দা বারী অমমম লীরী। অদুবু ঐগী ঈসাদা সেমলীবা দাকফমসীনা লীগদৌরীবা বারীথুগী ফীদমদী করানো তুংগী মীরোন্না তমনীংগদবা? ১৯৯১ গী ওগস্তকী ১৬ নুমীৎ য়ুংবা মতুং পুং অমরোম তাবদা থাংজীং চীংগী নাপোম চীংমায় অমদা ঈন্দীয়ান বোঈং ৭৩৭ আঈ সী ২৫৭ অমা থেংজীন্দুনা কায়খী। লাইবক থীরবা থোঁদোক্কুদা য়াঈতোং খমদোংবা তাঈবংগী থবায় ৬৯ গী পুন্সী শীখমখী। অসীখক্কুং মঙাঈ তাঈবংনা ঐগী দাকফম উব্রগা নীংসাংবীগদবা।

তাং ১২-৭-৯২

# খোঙ্গৈরাংবা

মমা মপানা থোনবা মাগী মমীংদী লতামনী কৌঈ। করী ৱাথল-দগীনো খংদে ক্লাস নাঙ্গনগী মীং চনবদা লোঈদাং হায়না ওনখীবনী। কনাগীসু খৌঈনসীন য়াওখীদে। মমা মপাদদী মমীং ওল্লনী তাক্লম্মী। লোঈদাং হায়না মীং ওল্লবসু হৌজীক ফাওবা লৈকায়গী অহল খরদী মঙোন্দা লত্তামনী হায়না অত্থুমক কৌরী। মাসু অত্থুম খুম্মী। মমান্নবী থরনদী মীং অনীমক চহীচাসীগী ৱাংমদা লৈহৌরবা মীং ঙাক্কনী হায়নৈ। মত্থুদা মহাক্কী মরৈগী পোরম পোমীৎ উৎতে। হৌজীক চৎমীন্নরীবী মনাওনুপী নলীনীসীনসু মাবু মীথানদে। মমাংগী মতমদসু লোঈদাংগী ঈচম চম্বসীদা নলীনীগী মীৎয়েংদা লোঈদাংবু হুন্থনা উঈ। ঙসীসু অত্থুমঙাঈ। চৎলমদাঈদা লোঈদাংনা সেৎনবা পায়রীবা ফনেক্তা মুন্না য়েংলগা নলীনীনা হায়—"ঈচেনা মত্থু সেৎলবদী ঐ ঈচেগা চৎমীন্নবা তল্লীকো।

: মসীদা করী অসোয়বা য়াওরবগে ?
: সোয়বগী নত্তে। মতুগী ফনেক্কু নত্তবা অমা সেংলু।"
নলীনীনা পামলীবতু থংলতুনা লোঙ্গদাংনা হংঈ—"নংনা সেংলীবতুদী ঐনা পাম্মগনী থল্লীব্রা ? ঐস্থু নংগা চংমীম্ননীংদেনে।
: ঐগীসীবুদী কৈদোবগী ঈচেনা চংমীম্ননীংলোঙ্গদৌরীবা ? মসীদী মী লোঙ্গনা সেংনরবনী।"
সেংলীবা ফীসীংতু নাক যেত্তা চীং চীংতুনা সেম্মী। মীংসেন থান্দুনা তুংগী সরুকস্থু য়েংঈ। নলীনীবু য়ানীংদবা মীংয়েংনা য়েংলগা লোঙ্গদাংনা হায়—"ব্রাসী মথা তানরগুমসীকো। চংলমদাঙ্গসীদা ফাত্রে।"
নলীনীনা অনম কনবগী মওংদা মথা তারকঈ—"অতুবু ঈচে, সেনেমো য়েংবা লাকপা মীযামগী মমাংদা ঐ ঈকায়ক্ত্রে। ঐগীস্থু থরা থনবীযু।"
হায়ফেং সউবপ্পা লোঙ্গদাংনা খুম্মী—"নংবু তোকওমী। নংনা ঈকায়রীবা অতুম্মা ঐস্থু নংগা চংমীন্নবদা ঈকায়রোঙ্গ থনব্রা ? ঈবানীনা চংকদোনীবসী সেনেমা য়েংবনী। সেনেমাতুস্থ মীতৈলোনগী থংলব্রা ? ঈমীংতৈব ড্রেস সো য়াওবা চংপদী নত্তে। মসী থংউ।"
লোঙ্গদাংনা সাউরপ্পা ঙাংলকপসীদা নলীনীতু মথা তাদনা মচীন পোমথোক্লুনা লৈরে।

মচীন মনাওনা তোংলীবা বীক্সোতু হোল মমাংদা থাম্লে। বীক্সোদগী কুমথবগা সেন লৌথোক লোথোক্লা লোঙ্গদাংতু রীক্সো মনীংলোমদা থোংকাপ থবা চংলী। নলীনীদী মফী সেমলী। লোঙ্গদাংনা রীক্সো থোবতুদা লুপা ৩ পীবদা রীক্সো থোবতুনা উসীংতনা নোকঈ। করেমনরতুন। হায—"লাকঈবা লমসী লুপা ৩ গী নত্তে। লুপা ৫ পীরকউ।"
নলীনীনা তপ্পা হায—"লুপা ৫ কোক পীগ্রোবা।" সেংলীবা ফীতুগী ঈজং ঙাকনীংবজাংনী। কবীমতা নাচুংদনা লোঙ্গদাংনা হায—"সে লুপা ৩ সী লৌসীল্লু। ঐনা পীবীবসী মীনা পীনদবা ভারাদী ওঈরম্মোঙ্গদা ?
: নখোয় রীক্সো অমুক্তা তোংগ্রীব্রা ? ঙসীনা অহানবা তোংমাল্লে ? হৌজীক পীনরীবা রীক্সো ভারাস্থ থংদে।"
তুহৎকদবগী মওং তৌরকপসীদা লোঙ্গদাংনা হায়—"নংগী নমীত্তা ঐসী মওং অমগী মুপী ওঈনা উরমাল্লে। মতুদী য়াম্মা লাঙ্গবক থীবনী। বস

পার্কিংদগী মফমসী ফাওবা কীঃ মীঃ অমরে'মনী। মীউনী সীপালীভোগী রেন্তা কীঃ মীঃ অমজা লুপা ১ নী। মংগী রীক্সো মনীংদস্থ ঈরী। অহুনদী "ঐনা" পীরীবা লুপা ও হু য়াম্মন্দ্রীব্রা? মংস্থ ঐখে'য়স্থ ঈরমদমসীগী মী'ওঈনী। য়াম্না কুপ্‌সীন্না হুমা'মলগী মতাংদা ঐ তুকা থীনীংদে। পাঙন্না "সেন তানবা নঙোন্দা ঐনা মমজা নমথেক্কদবা নত্তে। ঐনা পীরীবা সেনসীদা নংনা য়ানীংদ্রবদী লাকও তাউন কন্ত্রোল পুনীসতা হংনরুসী।" রীক্সো থৌবহু কন্নীমক্সা খুমদে। মলীনীনা মচেবু মথুৎ পাযরগা থাগী। লোঈদাংনা সেনহু পীরগা অমুক হায়—"সে লুপা ৩ সী লৌসীনু। ঐখোয় লেন্নদী রীক্সো ত্তোংনীংদে।" রীক্সো থৌবহু লৌদবস্থ য়াদা লৌবস্থ ঈকায় ত্তৌহুনা ওম্থোকপা মওংদা সেন্দু লৌরগা খুৎলৈ থুনা রীক্সো থৌথ্রে। লোঈদাংস্থ রুমাল লৌথোক্লগা মমায়হু তপ্পা নপথোকঈ। অহুগা, হোল মহুংদা চানবা মীথ'ঈ নৌনবা মনাক নকপা পান হুক'ন অমদা চংলীদী। মতাংহুদা লোঈদাংগা লাঈরীক তম্মীগ্নথ'বী হুমগীহু মখোয়ঙ্গী মনাক্সা চংলকঈ। লোঈদাংনা মীথাঈ খরা নৈরগা বেক্তা খরা হাপচীল্লী। হুমতীদা খরা পী। হুমতীনা হায়—"ক্কা ফাওবা জারদা মত্রবদী চাত্রবা ঐবু অঙ'ংদৌনা মীথাঈ চাউ হায়রো? অগাংগী ওঈনবা হাপচীনগ্রে।" মীথাঈহু হাপচীগগা লোঈদাংনা হায়—"অহু ওঈরগনা ক্কা নৈগে চাউ।

ঃ লৈরুরস্থ উম্মীয়ে।" হায়রগা মচীন কাথোক্লুনা ক্কা উৎলী। হোক্লোমদা য়েংলুবগা লোঈদাংনা হায়—"হোরেল চানবা মতপ অমা তপহনগেনে।

ঃ হোরেল চানবগীস্থ য়াওরীয়ে।" বেগ মহুংদগী লারৈ সানা য়োম্বা মায় মহু পুথোরকঈ। মহুদা মখোয় অহুমহু নোকঈ। হোলগী থোং হাংবদগী মখোয়স্থ চংসীল্লে।

হোল মহুংগী চৎনবীহুনা লোঈদাংবু খোঈরাং খোঈসাউনহল্লে। স্লাঈদ কাপ্পা ত্রেলর উৎপদা মীয়ামহু অহুক হাক্সা লাংদে। ফীলম ত'রবা তুংদদী লাংনরকঈ। মী অমনা মী অমদা ঙাংবা রাঙাংহু মবানী মত্তবা মী অতৈনদী তারোঈ থনবা মী কাংবু খরস্থ রারী সানরকঈ। নলীনীস্থ মীয়ামগী মরক্তা য়াওরহুনা পেন্দনগী য়ানীংদবগী রাঙাং ঙাংলকঈ। থাও

খুম হেন্না চাবা মীনা নোং ফাদোক চমফুৎ চাবগুম্না মীয়ামত্তুদা থোক্লমাল্লে। মীয়ামগী পেন্দবদী ফীনামত্তুগী মণ্ডাল সেংদবা, মেক-অপ চুনদবা, কীজোল, রাঙাং সাঙাং, সীনরী, হীন্দী ফীলমগী মতৌতন্না, য়াওরীবা মীসীংত্তুগী এক্তীং হৈতবা অসীনচীংবনী। মসীগী মথক্তা ফীলমত্তুদা য়াওরীবা মীসীংত্তুগী লমচৎ সাজৎ, পারী পুন্নী ফাওবা ফৈ ফন্তে পুথোক্লরকঈ। মীয়ামত্তুদা লোঙ্গদাংনা হায়রীংলীবনা তুমীন্না ফীলমসী লোয়বা ফাওবদংদী য়েংসী। সা ঙাগী মহাওত্তু মনা মসীংদা য়াওগদবনী হায়বগী বাখলত্তু থাদোকপীয়ু। ফীলম পুথোকপা, তঙীবা য়াওরীবসীংগী অসোয়বা অরানবা কয়া য়াওরমগনী। হোল মত্তুদা অসোয়বা অরানবা পুথোকপনদী ফীলমত্তুদা য়াওরীবা মনাসীংনা তাবীরোঈ। মসী অসীংবা মানবা মথোয়না খংবীদবসী লাঈবক থীবনী।

চবাং খোঙ্গবাংননা ঈন্তরভেল থারে। মপোক থীরবা লাঈবক ফত্রবা ঈরোন্দা পুথাবপা ঈরমগী ফীলম, খুনাঈগী কুম্মেদা যুমফম ওঈবা ফীলমসীবু মীয়ান্না করেম্নবসী উবদা লোঙ্গদাংত্তু করী ন্নংগী ফীলমসী য়েংবা লাক্ষনো খল্লী। তৌনত্তু মথোয়গী ক্লবনা চেরীঙী লোবা ওঈবা অত্তুগা মীনৈলোনগী ফীলমগা ওঈবত্তুদা লাকপনী। মামক্লা ফীলমদা থরায় য়াম্ন য়াওবদগী লাকপা নত্তে।

ওস্থোকপা মীতৈলোন ফীলমগী লাঈবক হায়বত্তুনী। ঈন্তরভেল মতুং মীনীৎ ৫, ১০ লৈরগা তুপামচা ন্নুপীমচা খরদী চৎপা হৌনরকঈ। তুমীন্নত্তু থোকখীদে। কল্লক পেন্না হায়রম্মী—"হীন্দী ফীলমলা ঈংলীস ফীলমলা সেকেন্দ সো যে লুবনা ফৈ।"

ন্নুপামচা খরদী খোনাচোপ ফাওবা শীজীনত্তুনা ফীলমত্তত নত্তনা ফীলমত্তুবু পুথোক্লীবা মসাগী খুনাঈত্তুবুত্তু চৈরম্মী। মী খরা চৎনখীবত্তুদা নলীনীত্তু অতোপ্পা হোলদা হীন্দী ফীলম ন্নুংঙাঈবা অমা য়েংলুনবা মচেদা তক্লরকঈ। লাঈবক যৈদকো মপালগী চৎনবীসীং। অওনবা নাঈবা নংগী অনৌবা চৎনবীসীংসে লমদমসীদদী মমল নাঈত্রবা লাঈরৈবাক্কী খুদোলনী। কীজোল অমা খোংউপ অমা, সীজীন্নবদা মপুল্লী লোয়ন্রীঙৈ অনৌবা মওং অমা হেক্লা মচংনরকপা। লৈতেং অমা থুংত্রবনা

মহানবা। মপালদগী লাকপনী হায়রবদী হেক্তা মঙুন লৈবা। লৈবাক্তবু তাৱবদী মতোন চোংগনবা হুঙ্গাম মরুগুম্বা পুন্সীদা সমহাং লাকহাং, খোংথাং লাকথাং, ফীরোল খুৎতু লাকতু, গারীদা, লম্পাক্তা, কেবীন্দা ফম্বগী খুৎফম অমুক্তনী ফীলমদা উথীবা, হেক্তা হৈ হেক্তা চুনখী।

মীয়ামগী থম্মোঈদা খোঈরাং খোঈসাউনফম ওঈরবা ফীলমতু লোয়রে। মচীন মনাওসু রীক্সো তোংতুনা মখোয়গী বস পার্কীং তন্না অমুক লাক্লে। লম্বীদা নলীনীনা লোঈদাংদা ওঙ্গনবগী মওংদা পেন্দবগী ৱাকৎ অমা হায়—"নংসু মুংঙাঈতবা ফাগী মানবা ফীলমতুবু ঈচেনা অতুম য়েংতুনা লৈ। ছীন্দী ফীলম অমা য়েংলবদী কয়াম মুংঙাঈনা?
ঃ ঈবানীদী মুংঙাঈতবা ফীলমতু য়েংবা লাকপনী।"
রীক্সো থৌবা অহলতুনা মরক্তা ৱা কেল্লকঈ—"মী খরনদী য়ান্না কপ্পী মুংঙাঈ হায়নৈদা?"
নলীনীনা য়ানীংদনা মরম্নাঈগী য়েরুবগুম্না হায়—"মতু হায়রীবা মীসীংতু কপচেৎপা কপচেংপী, পীনৌবা পীনৌবী ঙাক্তনী। মতুগুম্না ফীলমতু য়েংদৌ সরুক পুন্সী চুপ্পা সোনেমাকা য়েংজররোঈ। নলীনীনা হায়রীবসী মীগী মমাংদা লেম্বা ৱাহৈ নত্তে হায়বা খংলতুনা লোঈদাংনা হায়—
"নংনা য়েংবা হৈততুনা তৌবনী। ঙসোগী ফীলমতুগী ফজবা লৌসীনবা য়াবা মতাং য়াম্না য়াওঈ।"
মচীন মনাওগী মান্নদবা ৱাফমতুদা রীক্সো থৌবতুনা ৱাতেম্বগী মওংদা হায়রকঈ—"নবানীমক্কী ৱাতু চুম্মী ঈচাসা। ফীলমতুনা মী খুদীংমক চপ মান্ননা মুংঙাঈহনবদী ওঈথোক্রোঈ। মী খরদনা মুংঙাঈবা, মী খরদনা মুংঙাঈতবা হায়বতুদী হোৌনসানী"
নলীনীনা লোঈদাংবু হাঈরপ ৱারোৌবগী মওংদা মখা তাঈ—"ঙসীবুদী মথোং চারোঈ হায়বসী ঐদী ঙসাঈনা খংঙে। চৎলমদাঈদা খোঈদৌ য়াম্না সাউগৎখীনে।
ঃ কান্নদবা ৱাফমতু অমুক হোদোরক্লব্রা?
ঃ ড্রেসতা অপ তু দেৎ ওঈদবা ঈচেগা চৎমীন্নবা থবক খুদীংমক ঐঙোন্দদী মুংঙাঈবা অমা সুকওঈ ওঈদে খংলব্রা?

ঃ মতু গুম্বা ময়াঈ কাবা ৱাভাংহু ভাংম্নুনে। ফীজেৎকী মতাংদা নংনা খঙ্গীবতুস্থ নঙোন্দা নাল্লমদবা য়াঈ। ঐনা খঙ্গীবসীসু চুমদবদী নত্তে। মবমদী ঈবানীমক মীওঈপোক ঙাক্কনী।”

ৱীক্লো থৌবতুনা খোংনেৎ ওৎপা লেপ্লগা মঙক পৈরপ তৌরগা মচা'ন মনা'ওদা য়েংলকঈ। লোঈদাংনা লম্বী মপান্দা লৈবা যুম অমগী য়ুমথক্তা তোংলীবা খুন্নুসীংতুদা মখুৎ থীল্লগা মখা তারকঈ—“আদগী য়ুমথক্তা তোংলীবা খুন্নুসীংসী উব্রা? মতুসী লোয়না ফোঈদোক্লবদী খুন্ননী হায়বা খংগদ্রা ?”

নলীনীতু খুমদে। লোঈদাংনা হায় -“খংলোঈ। মরমদী মতুনা উচেক্কী মসক লেপ্পনী। ঈসাংনা পুখ্রী, ভুরেলগী মগুন লেপ্পী। পুথোরকপা পোংথোক্লা ফেক্লবগী মগুন ভাকঈ। তাবথোক্লকপা মহৈনা ওজাগী মতীক খ নৈ। সরুকপা খোন্নৈ খোন্দা সৈহেক্লা ঈসৈ সকপগী থাক তাবঈ। অরুন্না মওঈবা ঐখোযসু ফীজেৎনা ঐখোয ঐখোয়গী খুনাঈগী মগক হাকলীবনী। সানফম খবদী ফজেৎ উরগা খংবস্থ লৈ। মসী নংস্থ খঙলীনী ?”

হায়রিবা ৱাসী যানীংবগী মওংদা ৱীক্লো থৌবতু মঙক নেংশী। অদুবু নলীনীদী য়ানীংদে। মচেদগী ওন্থোকপগা স্নুক্লোক্লুনা লৈ। তৌবস্থ লোঈদাংসী মীরোল তাবকপদগী ঙসা ফাওবা ফনেক্ত সেংলী। মসী নলীনীনা খংদবা নত্তে।

অস্থন লাকপদা বস পার্কীং মনাক্কী কোসৎ য়োনফমদগী খুলং ঈসৈ সকপা তাঈ। লোঈদাংনা নলীনীবুসু ঈসৈতু তানবা হায়। অদুবু স্নুমংদা মীথাঈ পীরুবগুম থোক্লে। ঈসৈতু ওসীনা সকপনী।

“থাঈনৈ লৈরাং অমনবী
মল্ল মল্ল লৈলুংসী
লৈরাংবীনবা লৈতবনা
খাংউথক্তা কেন্দবা ?
.......... . . ।”

ঈসৈত্থু খোঙ্গদানা তাবদা লোঙ্গদাংদী বস পার্কীং য়োবা থংহোত্রে। লোঙ্গদাংত্থু রীক্সোদগী কুমথরক্তনা ঈসৈত্থু অত্থুম তারী। রীক্সো থোবত্থুনা হায়রকঈ—"ঈবেম্মা, বস পার্কীং য়োরে। কুমথরসী। ঈবেম্মা অমত্থুদী সাউরপ্না অসোমদা চংগ্রবনী।" নলীনীনা চংথীবা, মখোয়গী বস থামফম অদোমদা খুং থীন্দুনা তাকলাকঈ। লোঙ্গদাংত্থু অফীং অফাঈ ওঈনা রীক্সোদগী কুমথরে। ভারা পীরমলগা নলীনীনা চংথীবা মায়কৈ অদোমদা খুংলৈ থুনা খোং থাংঈ।

তাং ১-৫-৯৪

# ফাদোক

সুমাং য়োবদা উঈ। সঙ্গোঈগী অন্নাং য়েনখাদা পরেং থম্লীবা গম্লাগী হৈ, লৈ, বোনসাঈ ময়ামগী মরক্তা য়াওরীবা খোংনাং পাম্বীদু তুরে। অহল অনী অঙাং ৭ লৈবা মখোয়গী ঈমুংতুদা মাখক্তনা মন্থ উঈ। মাদী ময়ামতুগী মরক্তা উসা মচা অমা তেকপফাও থংঈ। তোংলকপা সাঈকলদু স্তেন্দ ঙাক্লগা সঙ্গোঈ য়েনথারোমদা চংলী। সঙ্গোঈ দারী য়োদ্রীঙৈদা সাঈকলদু তুঈ। স্তেন্দ ফত্তবগা মানা হোবে হোবে তৌবতুগা লাম্বা পারমাল্লে। হুগৎলমদে। সাঈকলগী মনীং চাকাদু লৈরী। তুরীবা গম্লাতুগী মনাক্তা চংঈ। লৈবাক্কী গমলানী। মচেৎ তারে। অতোপ্পা পীকলপ তৌবা পাম্বী অমগী গমলাদু লৌরগা খোংনাংদু থাজীল্লী। তাঙ্গা-সীদা কদোমদগীনো ভানুদু সুমাংদা লেপ্লে। তুরীবা সাঈকলদা য়েংঈ। অদুগা মনীতোম্না তৌরীবদুদা য়েংলগা মথন্তা ঙাংঈ—"মানা অস্তুক য়াম্না থৱায় য়াওনা তৌজসারীসীবু করী কাম্নদোঈনোনে?" মনীতোন তানবা হায়—"সাঈকল তুল্লীবসী হান্না হুগৎপা য়াদ্রো নংবো?"

ঃ তুগৎলদোনী ঈন্দোমচা। মসী হান্না নোঙ্গসীন্নীংতুনা তৌরবনী।" গমলাতু মফম চ'না থণী। অতৈ পাম্বীসীংতুদা প নবা কেনৌরবা উনা-সীংতু থদৎলী। মাগী মতৌতুদা য়েংনীংদ্রবী ভানুনা হায়—"খরা সেম্মদী যারেদা। নফীকতু হেংদোকও। থবক হায়গনে।"

মনীতোন্দু লেপখৎলগা য়েংলকঈ। হায়রীবতু য়াম্না মরু ওঈবগুম্না তাগ-দবগী মওংনী। হান্নদগীসু ভান্থনা হায়বা খুদীং ঈল্লকঈ। থোদাবা থবক খুদীংমক মীনীৎ অমা কাওনা চোম্দনা পাংথোকঈ। ঈমুংগী অতৈ মীনা হায়বদা ঙাঈহাক চোম্থবা য়াওঈ। হংলকঈ—"করী থবক্কো ঈন্দোমচা?

ঃ নবু উসাঙ্গ চৎলমদাঈদা ঈসীৎল্নী হায়দাঈনে?

ঃ ঐদী কাউথোকলুরে। হৌজীঙ্গী নংখীদ্রা?

ঃ নংনবা সীৎলুচা। নহানমুকসু সীদগী হেন্না থেংবদা ঈসীৎখীবদাঈনে?"

নংল'রাঈ রাখলসীনা মাংওঈনরগা ঈসীৎপা চৎনবা থোরাংলকঈ।

কোমতু তংখায়মুক্তা সীৎলী। নুমীৎ তাদোরে। ঙা ফাবা উদবগী ফীভমনী। মনীতোন্না নংনবা সংলৈদা লৌলাংবী মখোয় ৭ ঈসাং-পতুগী ভাবোক ওঈরে। নুপী অমনা লোন্না মখো না নেৎথরগা ঈসাং ফাংলী অতুগা মনীতোন তানবা হায়রকঈ—"ত মনীতোন অসীদা ঈসীং য়ুরে।"

ঙক্কা ময়ামদা য়েংলগা চেংরীবা ঈসীংতু থীংজীল্লী। লৌনীংবীসীংতু নেকপগা ঙাংবগা রারী সারবঈ। মতু তাদনবা মনীতোন্না হান্নদগা কন্না সংলী। নুপী অমনা হায়—"তামনীতোন্না ঈসাৎলীবসীদা চহী বার ওঈদোরবা মীনা থবক থীবতু মওঈরেনে।

ঃ ঐদী নুমীৎ থেংল কান্দা সনবু ফত্তবন খেঈবা সন্দু মাল্লী।

ঃ সেন্ত্রেলগী স্তেত হোম মীনিস্তরনা ওবজবর ওঈনা লাকপদা মনীপুরগী চীফ মীনীস্তরনা থরায় রাজ্জৈ হায়বতু অসুংনা তৌরমগদ্রা খংদে।

ঃ নখোয়না হায়রীবতু অমত্তা নত্তে। তামনীতোন্দী ওফীসর নত্তনা ওফীসার সানীংবা মীতুগী মথাদা থবক তৌবা পীওনগুম্বনী। ময়ামনা ঙাংলীবতু মনীতোন্না তাসীন্নদে। মায়ওন হোংনা ঈসীৎপতুদা নুপী অমনা হংঈ—"ঙা ফাববু নংখীগদ্রা তামনীতোন?

: নংত্রবস্থ মন্দোমচাগী য়াথং ঙাক্লগা লোয়রে তামনীতোনগীদী।" অমনা খুম্মী।

মনীতোন্দী খুমদ্রে। সোর সাংনা হোল্লগা অবাবা হন্দোক্লবা হোৎনৈ। লৈসাবী অমনা হায়—"অস্থক ব্বানা ঈসীৎলগা ফারকপা ঙাসীংহু মন্দোমচাগী মচাসীংগী খয়াংতা অয়াম্বা তাদোঈনী। ফুংবু ফুংঙাঈতেনে।" মনীতোন খুমরোঈ খল্লী। ব্বা অমতং ঙাংলুবদা হেন্না মথা সমথরকনী। অতোপ্পা অমনা হংঈ—"ব্বা ঙাংত্রীবসীবু ঈনে ভাম্বুনা ঙাংগম্ব্বু হায়ত্রো?

: হায়রম্বা তারেদনা। অঙ্কনবু ঙাংদ্রীবনী।

: তামনীতোনগুম্বা মরম ওকপা ফুপা অমত্রা পাম্মীদকো।

: তামনীতোনসী ওঈনা লোজরোদনা?

: মাদী ভাম্বুগীনী। অসেংবা থোগম্নাঈ।

: কৈনো নখোয়না ঙাংলীহুবো? তামনীতোনদী ঈমুংগী মনীমতুম, সনা-মপাক, সনা খুদোপ য়াঈওঈবনী। মীংসীগা চাননবা হোৎনজবনী।"

ময়ামহুনা ফম্নগা ঙাংবহু হৈনদ্রহুনা ঈস্তোপনা ঈসীং য়ামফাংতনা কল্লগা হুপীসীংহুদা সীৎচীনগে তৌরকঈ। মহুদদী মখোয় তরেৎহু চেনখ্রে।

ঈসীং কংবদা মম্মে। মখুংনা মায়ক্দা থেংনবা ঙামথৈ ফারে। মতমহু ফাওবদা ঈমুংগী মী কনাস্থ মাগী খেঙ্গুল লীরক্তে। ভাম্লগী মচা হল্লক্তবা ওঈরবদী লান লাকপগুম কোঈচেন চেন্নরগদবনী। ভাম্লনা তোয়না হায়বা—"এখোয়গী মনীতোনদা ঈমুংগী মনীমতুম, সনা মপাক, সনা খুদোপ য়াঈওঈবনী।" ব্ব.হৈসাগী অর্থ থংলকঈ। মাবু য়াম্না মরু ওঈবা, মগুন লৈবা মীনী হায়বগী অস্থম্না কৌবা নত্তে। সনা লুপা মনী মুক্তানা কায়থোক্লগা অব্বাৎ অপা মেন্নবা য়াবহুগুম্না মাস্থ অব্বাৎপা অসোয়বা মেনথংনবা লৈবা মীনী খন্দুনা অস্থম্না হায়বনী। ঙসী ফাওবদা মসাগী সেম্থোক লম্বী ওঈনবগী সীনফম অমা তম্নবা সীনবীদে। মসানা সীঞ্জরবস্থ মখোয়না য়ৈথৎতুনা থম্বা ঙাক্তনী। মরক মরক্তা সেন খরা খজীক পীবহুনদী পুন্সীগী হীংবা য়াবা লন-থুম নত্তে। মসামকসী মনা মসীং ঙ'ক-সেন্নবা সম্বলগা মান্নরে। অরোয়বা পুন্সীদা সম্বলনা মৈদা তীনবহু মঙোন্দস্থ থোকলোঈ খংবা নত্রী। মা লৈবনা

ভান্নুগী মচাসীংনা লাঈরীক্তা অমদী অতৈ থবকসীংদা মমীৎ মনা সীংঈ। পীদোন্দে। অরা অনা মায়পুনদে। পুম্নমকসী কোকথোংনবদা মসাগী থবক তৌবা য়াবা চহী হেন্নমগদবত্থু ঙসাঈ ঈমপ্লোঈমেন্ত একচেঞ্জদা চৎলুবত্থুদা খংলকঈ।

মরাঈবক পংফ ফরকপা মীদী নত্তে। খুৎসেম য়াওরকপনা হেন্না লাঈবক খীবনী। নীংথৌ মচাসাংগী খুভম মুন্নবগী লান্দা মচা মনাঈনা ঈহীং নাহীং সাবগুম মনীতোনম্থু অরাবসী মায়োক্লবীবনী। মুপাগী থৌনা লৈতবা, ঈমুংগী পোৎলুম পুনীংদবা মপাত্থু ঈনাক খুনবী মুপী অমগীদা য়াওং ঈনখী। মমাত্থুম্ন মাগী খুৎচাবী মুপাদা ময়ুম পানখী। মনীতোন্না মবোক্কা লৈমীন্নে। কুঈখীদ্রে। ভান্নুনা মম্থু মবেনবু নোংমা চাক্কৌঈ। মত্থুদগী ঈমুং অমদা পুন্না লৈমীন্নরকঈ। মম্থু মবেন্না লৈজরম্না য়ুমত্থু সীদোকঈ। মনীতোনগী ফংফম থোকপা লন-থুম লম পুম্বা মথুরাগী মীংদা পুন্না লৈখ্রে। মনীতোনগী নীংতম্বম্থু মথুরা মন্দোমচাদা পুন্না লৈবগুম তৌরকঈ।

য়ুম য়ৌরগা ফারকপা ঙাসীংত্থু ভান্নুদা পীসোল্লী। ঈমুংদগী য়োৎপাক পুরগা থোরকঈ। মানা থরায় তানা থাজরীবা খোংনাংগী গমলাত্থু থাংগৎলগা থাদৈ। চেগায় মচেৎসীংত্থু মখোংনা সাফু কন্না নেৎলগা খোংনাং পাম্বীত্থু পায়খৎলী। অত্থুগা মীয়ামগী লম্বী তান্না লাকলে। লম্বীগী নাকন্দা কোম তৌরে। খোংনাংত্থু থারগা মথন্তা ঙাংজৈ—
"ঙসীদগী ননীং তম্না হোৌরো। নঙোন্দা নীংতম্বা পীরবনী।"
অনকপা খোংবান্দগী খুজোক্না কল্লগা ঈসীং চায়রকঈ।

তাং ২৪-৮-৯৫

## লমুকনবা

পাউচেদুদা য়াওরীবা অতৈ পাউসীংদু পানীংদ্রে। পাউ মতেক্কুদা ফনা কুঈনা য়েংঈ। হঙ্জীন্নদী পাদে। মচানুপাগী মরমদা কনানা কৈদৌ-ঙৈদা থীজীল্লীবা? মচাগী মরম থংবা মপা মঙোন্দা নোংমতসু হংখীদে। অদুগসু লৈবাক মীয়াম মমাংদা অসুম্নকসু ঈরক্লী। মমাংঙৈদা উসীং থওঈদবা উৎলবদী ফী তাখৎতুনা মুক্লা সাম্নবা, নমনবা য়াবা অদুগুম্বকা ওঈরম্নবদী থংগদবনী। তকসী সোল্লী। মতমদুগী চৎনবীদু ঙসী ফাওবা চৎনদবগী সাউঈ। পাউচেদা হাপলকপনীনা মাসু পাউচেদা থেংনবা তাঈ। পাউ মতেক্কুদা অমুকসু য়েংঈ।

সংগ্রবা মচুদী পুম:কোক কোকলোঈ হায়। ফাগ্রবা ঈসৈসু নোংমদী ঙংলক্কনী হায়। মচন্দ্রদসু য়াফমসী মানা পাথং ফারকপা অদুরাঈ ফাওবদী চুম্মী হায়বা তাঈ। মথুরাগী মনাক্তা লৈখীঙৈ অদুগা থবক তৌখীঙৈদগীদী থংদ্রে। যুমদা তোয়না লাকখীদ্রে। মপা মচা উম্বদুনা

ৱারী সান্নবসী চহী অমদা ৩, ৪ রককুম্বা ওঈগনী। মতুংদু মীনীৎ ৫ ফাদে। অঙাং ওঈরীৗৈগী হৈনবীদুনা গুন্নচন্দ্রবু খুল লান্না চৎপা য়াহন্দ্রে। কুঈদে। লৈকায় লানবা য়ারক্তে। খরা লৈরগা সাগৈগী মচীন মনাওসীংগা য়েংথীনরকঈ। মমা মপা মীমাং ফমহনবা মচাসীংগী মরক্তা মাস্থ য়াওরে। নুমীদাং ঈমুংদা তুম্বা কীদুনা তুমদ্রে। চরু মরক্তা সীংগৈদা তুম্মী। সীবা তারে হায়দুনা ঈম্ফালদা লৈবা মখুরাদুনা মাগীদা থম্বী। সঙ্গ য়াথ্বনীনা ঈউনীফোর্ম সেৎপা দীপারমেন্ত অমদা থবক তৌহল্লী। হন্দক্কী মতাংসীস্থ মখুরাদুগা তান্নরম্মোঈদবা নত্তে।

মপা ওঈবা মঙোন্দতা ঙকনা থোক্লব্রা? নোংমতা মমা মপানা হায়বা ঈনখীদ্রবা, মসাগী মথৌ ফাওবা থৌদাদ্রবদী তৌখীদ্রবা গুন্নচন্দ্রনা দীপারমেন্তকী ওঈনা থকসী খাসী অমদী মথৌ খংবগী মনা হন্দক্তা ফংখী। হন্দক্কীসীস্থ মপা ওঈবা মাতনা চীংনবা পোকপরা? মীনম্বা ঙাংবদী ঈসা ঙাকথোকচনবা খুৎলাঈনী। মীহৌ চাউবনা কান্নবা উপায়নী থল্লীবা মচানী। অঙাং ওঈরীগৈদা মানা হান্না পায়খীবা অচা অথকসীংদু অল্লেম অপা নত্তনা মচীন মনাওসীংনা চাবা ফংদে। লাঈরীক তম্মীন্নরীবা মমান্নবসীংদগী বোয়, কোলোম, পেন্সীল, সেন, লাঈরীক, সান্নপোং মানা হুখীদবা মগান্নবা য়াওরম্মোঈ। মাগা খৎনখীদবা মমান্নবস্থ লৈরম্মোঈ। ওজানা—"ঐখোয় অমত্তনী। ঈচীন ঈনাও ঙাক্তনী। চপ মান্নে। জাৎ মাঃদবগী খেন্নবা পুকচেল্ল চেল্লোঈদবনী" হায়না তাকপদা, মানা "চীঙ্খীবা ওজা" হায়না হনগৎনা খুমল্লুবগী ফনা সাথীনা কুখী হায়। অদুবু মাদী হন্দে। মমান্নবদা অস্থন্না হায়— "চপ মান্নরগবু, অমত্তা ওঈরগবু, মীতৈ, হাও, বামোন, মুস্লীম্ন তোঙান্না কৈদোবগী থায়ব্রীবনো? ধর্মস্থ ময়াম অমা কৈদোবগী লৈদোঈনো?" মাতনা চুম্মী খনবা মীনী। মতৌসীদা মপাস্থ চোপ্পা ঈকায়বা হায়বদু মাগী স্কুক ওঈরবোঈ খল্লী। হৌজীক মপানা হায়নীংবদী গুন্নচন্দ্রগী মঙংসীদা মনা পীবা ওঈরবদী ঈরমদমসীদা মনা ফংবা য়াবা মীওঈ য়াম্না লৈরমগনী।

মমাংদা তারীবা পাউচেদু চীংথোক্লগা মাগী নুপীনা হংঈ—"করী অমুক য়াওরগে অদুক কুঈনা য়েংলীদুবো? পাউচেদা হেল্লোঈ ওক্লবদী তৌরম্ভু।

: গুম্নচন্দ্রদা সনাগী মেদল পীরনী হায়না য়াওরী। অত্তুগী মণ্ডল মণ্ডল খল্লম্বনী।

: ঐদী নহান্না খংঙে। পীফমম্ভ খোকঈ।

: ঐহাক য়ানীংদে। হৌজীকমক চৎলগা রাফমসী অমুক্তা খন্নথীনবা পাউ-চেদা বায়োল অমা হাপলুগে খল্লী। অম্নম্না অম্নম তৌরবদী লৈবাকসীদা হৌরীবা পান্থীসীংসী মথকলোমদা রাংখৎলরোঈ। লৈথারোমদা ওস্নরগা হৌরগনী।

: নংগী অচুম্বা মানবা বাত্থ মীঙোন্দকা ঙাংলুনুকো। ঙাংদবা য়াদে হায়রগনা মরৈ য়েৎপীরোঈদবা ঐঙোন্দা ঙাংঙু।

: নংস্থ ঐগী রাখল্লোনসী করেম্নবা নত্তনা অচুম্বা মায়কৈদা য়েংবা ঙমদ্রে-নেকো ?"

ঙাঈহাকসীদা সোক্রেতীসকী য়ুত্থান পুসী মরেলত্থগীদমক থম্মোঈ সোক্কা নুংঙাঈরক্কে। য়ুত্থানমীন্নরীবা নুপা নুপী অনীদী হকচাং তংখায়নী হায়নৈ। রাখলদা অমদী পুকচেলদদী মম্নুং অমফাও ওঈদবজাংলা ? পাউ-চেত্থ পায়রগা মফমত্থদগী থোরকলে। কুঈনা লৈরগা হেন্না পুক্নীং নুংসীরক্ক-দবতনী। মক্কী হোংলগা থোরকঈ।

খাঈ কৈথেল য়োরে। নুপামচা অমদা হংলুঈ। থোং-নৌদবা, মেংদবা রাঙাংদা খুমলকঈ—"খরা চৎলগা লৈরমগনী। গলী মম্নুংদা থীবীরু।" মাগী সীবু 'খংদে' হায়না খুপ্নগা করী খেন্নরীবগে ? নুপীমচাদনা খরা ফদোবোঈ নীংঈ। ত্থকান মমাংদা লেপ্পস্থী অমদা হংঈ —"ঈবেম্মা পাউখুম চেফোংগী 'ওফীসসীবু কদায়দনো খংব্রা ? অমুক্তা তাকউনা।" খুমদে। তাদ্রমাল্লে। মাগী রাঙাংত্থ মরোল সেংখীদ্রবরা ? লৈসাবীসীবু রা ঙাংবা থোক্তবজাংলা ? মরৈ লোমব্রা ? মুন্না য়েংলগা তপতক্কা হংঈ—"নুপীমচা, পাউখুম চেফোংগী ওফীসসীবু কদোমদনো খংব্রা ?" লৈসাবীমচাত্থ মঙোন্দা ফৎ য়েংলগা লৈথোকখী। সাউঈ। খুমদ্রবদী মথা তানা হংলক্নম্ন হায়বগী মওংনী। ওনসীল্লক্তনা হায়—"লৈরীবা ত্থকানসীংসীদা হংবীয়ু। ঐদী চেফোংগী মী নত্তে।"

'ঐ খংদে' রাহৈসী হায়নদ্রবোঈরেকো ? অত্থনদী মী লোঈনমক অখংবা ঙাক্তা ঙাঈরে। সরকারগী কম চাউনা থবক তৌবসীং অমদী

সেনয়াম পাম্বসীংগী মচা মতুনা সরকারগী থবক হেক্তা ফংনরীবসী খংবা হৈবনা ওঈরমগনী। লাঈরবা, লৌমীগী মচানা পরীখাদা মকোক ওঈজরবস্তু সরকারগী থবক ফংদ্রীবসীনা খংদবা হৈতবনা ওঈরমগনী।

মীভোন্দা হন্তুনা মতম মাংহন্নীংদ্রে। থকসী থাসী রাংলবা পাউথুম তাহনা খোঙ্গদৌ স্নাউসংহন্নীংদ্রে। মসীগী মতুংতা কোঈচং চংপগী বাজগে। পলী মনুং চংবগী নমথীবা মনম নমলগে থল্লে। থেংলবা সাঈন্দ বোর্দসীংতু পাতুনা থীরকঈ। ঈবা পাবা থোক্তবা মীনা মসীং য়াম্বা ঈরমদমসীদা মীনা হংবদা মীনা তাক্লদবগী চংনবীসীবু কৈদৌঙৈদগী চংনরগা কৈদৌঙৈ ফাওবা চংনদেঈনো? নাক য়েংকী ফক্লাংদা মপান থোকচীনবগী মমীনা মরাং কায়না লৈবা, নমথীবনা খোংফম অনী হুনা থাংজীন্নীংদ্রবা গলী কয়াতু চংহুনা য়েংঈ। লৈরীবা ঈরৈবাকচাস্নীংগী থাক্ক য়েংলগা মপান থোকফম থমদ্রবস্তু য়াঈ থনবনা সরকারসীনা খ্বাঈ কৈথেন্দা লেত্রীন, তোঈলেং মরাং কায়না থমদবরা? মীয়াম্মতু মীগী ময়ুমতু কল্লকপদগী ফক্লাংদা মেংহনগে থন্না মপান থোবচীনব্রা? য়ুম মপুতু মুংসীদবদগী কল্লক থম্বন, উসীত্ত ভোপে থম্মা সাম্নু মথুন চৈনা কন্নবগুম মপান থোকচীনদীব্রা? রাজরীবদা ভক্ক নমথীপ্রবা, মেংথ্রবা মফম্সীদা লৈবাক মীয়ামগীদমক হীংলীবা ওফীস কয়া লৈরীবসীনী। লৈখোমদগী হৌরপা ঈসীং ফাওরগা থম্বাননা সাংলী। সন্তবুন্দদী থম্বাল সাংত্রে। সঙ্গীয়ল হৌঈ। লৈপন্দা হুংপা উচী মথুল মানবা খোংতুগী মথক্তা ওঙ্গা নাঈদবা খুংঈনা ঈরী— "পাউথুন, মনীপুরী হুংভীগী চেফোং"।

মনুংদা চংসীল্লী। মচীন্দা ফম্বা মী অমদা হংঈ। রা ঙাংদনা খুং থীন্দুনা তাকললকঈ। হুপাদুগী মনাক্তা চংশীন্দুনা ঙাঈহাক লেপ্লী। অহাংবা চৌকী অমদা তপ্পা ফম্মী। লৈরম্মীবা মহাক্তুনা মাবু ফম্নবা হায়রক্কদৌবা মান্দে। মীনৌ অমনা মনাক্তা লেপ্লরবস্তু হায়ঈরক্কং য়েংলম্বা নত্তনা বাহৈ অমত্তা হায়দবা মীতুনা ফন্নবগী ঈকায় খুম্নবা উংলরক্লাঈ। ক্ষুরীংথাওদগী পাউথুম চেফোংতু লৌথোক্লে। ঈবা লেপ্লগা হুপাতুনা অমুকতু য়েংলকঈ। মতুদা নংহৌরক্লোঈ মঙংদা মানা হংঈ—"মসীগী

মতেকসী হাপ্লদা লুপা কয়া লৌনবগে ঈবুংঙো ?" পাউ-চেন্থ হাংদোক্লগা মনীং থংবা লমায়গী মচী অমদা খুদোম্বীনা মক্লগা তাকঈ। ওম তৈনবা নুপাহুনা হংঈ—"চেকোংসীদা পাউ হাপ্পীগদত্রা ?

: অহোঈ। অতুম্বা পাউ অমা হাপচগদবনী।

: হাপ্পীগদবা বারোলত্থু পীবীরকউ। হাম্না অমুক্তা য়েংজগে।

: হাম্নগী সীদা থৱা সেমদোক্লগা হাপকদবনী।

: অঙ্গুদী য়ারোঈবু অনৌবা অমা ঈথোকপীয়ু। ঐখোয়গীগু চংমবী হায়রবা অমা লৈজরী।"

মকমসীদা চংনবীগী পন অমদী থম্লী। কদায় ফাওবা নীংথাঈরোঈদৌ-রীবা ? চে ম.চং অমা লৌরগা ঈথোকঈ। নুপাহুদা পী। নুপাহুনা লৌরগা পাঈ—

"চহী খুদীংগী সমাজ সংস্কার মন্দলনা চাংমী তম্মী কাংলুপকী থেম্বা থমদনা থোঈদোক হেন্দোকপা থবক তৌবা মাদা পীবা রাজকুমার লীমাঈ-চান্দ নীংসীং সনাগী মেদল শ্রীলৌরেম্বম গুরুচন্দ্রদা কুমসী চহীগী ওঈনা পীরগনী। হন্দক থোকখীবা কাংলুপকী রাথোকসীং নমথনবা হোৎনবদা সাবা নাবা থীদনা মায়োক্নখীবগীদমক মনা তসী মঙোন্দা পীবনী। শ্রীগুরুচন্দ্রা মীয়ামগী য়াঈফনবা হোৎনবদা মপুন্সী কৎথোক্নবা মীনী।

অতুবু মপা ওঈবা ঐনা হায়জনীংবদী গুরুচন্দ্রমা মমাসী ফংবা য়াত্রা হায়বত্থু অমুক্তংগা থীজীনবীখো।

হায়জরীবা—

লৌরেম্বম হৈতোন"

পাবা লোয়রগা নুপাহুনা হংলকঈ -"গুরুচন্দ্রসীবু অদোম্না হেক পোকচবা ঈচারা ?

: মানী। ঐগী হেক ঈচানী। ঐগীসী ঈবুংঙো হয়েংমক হাপ্পবা তৌবীয়ু। অহাপমম্না কয়ানো ?

: হয়েংমক্তী থুয়েনরনী। বারোলসী হাপ্পদা অকায়বা লৈত্রা, লৈতত্রা হায়বত্থু সমাজ সংস্কার মন্দলদা অমুক্তা হংজথীগে। মখোয়না য়ারগদী মথং হুমৌত্তা হাপচগে।" নুপাহুগী বাহুদা ওকলপ্পা, য়ানীংদনা, খোঙ্গেল লুম্না মথন্তা সোল্লী—"করীনোনে ?" তাং ২৪ ৪-৯৬

খোংচৎসীগী য়াঙৈফনবা প্রভুবু থম্মোইনুংদা চেৎনা খুরুমজৈ। মাদী সুমীৎ খুদীংগী চাক চারমদাঙৈদা। তুমলমদাঙৈদা অতুগা য়াহৌরকপগী খোং লৈবাক তাগ্রীডৈ, বা ঙাংগ্রীডৈদসু প্রভুবু পার্থনা তৌঙৈ। করীগুম্বা মং মুংঙাঈতবদগী অহৌংদা মীকপ থোক্লবসু পার্থনা তৌতুনা অবা অনাদগী কনবীনবা হায়জৈ। হন্দক থারকপা চীথীতুনা অনীরক সুবনী। অনাবা ফগ্রে য়াম্না থুনা লাকউ হায়রকঈ। অহানবগী চীথীতু ফংবদা চংকে তৌবনী। চর্চকী পাস্তরনা প্রভুদা পার্থনা তৌরগা ফগনী হায়বীবদগী চংখীদে। অনীসুবা চীথীদা অনাবা ফবা ঙমগ্রে হায়বসীদা পাস্তরনা হায়—"নখোয়গী ঈমুংগী মীসীংনা আদা লাঈমাং খুরুম্মী। অতুনা প্রভুনা অনাবতু ফহন্দবনী। ফহন্নীংলবদী অনাবতু মফমসীদা পুরকউ। ঐনা প্রভুদা পার্থনা তৌরগা ফগদবা অনাবনী।"
অচেৎপা থাজবগা লোয়ননা অনাবা লৌনবা য়ুমদা লাকপনী। সোয়দনা ফহনবা ঙমগদবা, মায়থীবা লৈরক্ত্রীবা মাঙৈবগী মনাক্তনী হায়তুনা ময়ামবু মীনয়গা অনাবতু মাগী থবক মফমদা পুরকঈ।

লমসাং লাকপনী। ফমফম মুংঙাঈবা বসসু নত্তে। অনাবতু মসা সাথীনা চোকথৈ। হীপথীবদগী হৌগৎত্রে। মমীৎফাও পাংদে। লোকেম্না হায়—"নং তুমীম্না পোৎথারম্মু। ঐ চর্চতা চংলগা নংগী অনাবসী ফনবা পার্থনা তৌরুখীগে।"
মাগী মুপীতু বা ঙাংবা ঙমদ্রবগুম করীমত্রা হায়রক্কে। লোকেন্দী চংখ্রে।

সুমীৎ খুদীংগী অমুক অনীরক পার্থনা তৌনা চংলী। অনাবতুদী হান্নগী অনাবতুনী। নোং ফাদোক প্রভুদা কৎপা ঈসীং, অচা অথক কয়া পুরক্তুনা চাউ হায়। লোকেন্দা সীদ হীদাক্কী পাংথকনী। ঈসোরীদদী হুগুম্বনী। রাখল অনীগী মরক্তা সম্নবা য়াদবা অহাংবা অমা লৈ।

অয়ুক্কী পার্থনা তৌবা চংলমদাঙৈদা ঈসোরীনা হায়—"ঐবু দাক্তর অমা কৌরগা অমুক্তা য়েংহনবীয়ুবা। হকচাংসী মুংঙাঈফম থংদে। ঐবু অসুম হায়না অতুম লৈরদোঈরো?
: ঐনা য়েংহনগে থনবা মাঙৈবতু অথাপ্পদা লায়েংবা চংখী হায়। মা হল্লকপা ঙাঙৈবনী। নংগী অনাবসী দাক্তরনদী ফহনবা ঙমদৌ মান্দে।

প্রভুনা চানবীরগন্তদা ফগদবনী। ঐ চর্চতা পার্থনা তৌরুথীগে।"
মাগী অচেৎপা থাজবা লৈ। চর্চকী পান্তয়নস্থ পুক্লীং থৌগৎপীরীবনী।
ঈসোরীনা য়াওল্লগা মথা তারকঈ—"নংগী অনীংবদা অয়েৎপা পীবদী
নত্তে। লায়েংবনা পার্থনাগী মত্তেং পাংবগা পার্থনানা লায়েংবগী মতেং
পাংবগা মাম্নরোঈকো।

ঃ হায়হৈদেনে নংবো। নপুক্লীংদু অনী লোংদনা ঈবুংঙো মাবু নীংজন্নবদী
নংগী অনাবসী সোয়দনা ফগদবনীনে।

ঃ নং সাউদী সাউনু। ঐ বা অমা হায়গে। ঐগী অনাবসী ফরকপগী
মহৎতা অস্থম হেক্সীল্লকঈ। মসী নংস্থ উবদা থংঈনী। প্রভুদা ঐবু
ফনবা পার্থনা তৌরুরনু। লৌসীনবীনবগী ওঈনা পার্থনা তৌরো। অদু
ওঈরবদী নংনা থাজরীবা প্রভুগী মগুন্দু অরেম্বা ওঈররোঈ। নংনা
নীজরীবতু অচুম্বা ওঈনবা ঐ সীরবস্থ কায়দে।"

লোকেন্দু সাউদে। খৃস্তীয়ান ওইহৈদগী মহাক সাউগন্দ্রবনী। তপ্না থেম-
জীল্লকঈ—"প্রভুনা নংবু ফহনবীগনী হায়নদা থল্লু। নংগী অনাবা সোয়দনা
ফগনী। নংগী পুক্লীংদা প্রভুবু লৎনবগুম তৌবতুদা প্রভুনা নংবু ফহন-
দবনী। থৌজানবীদবনী। চাং য়েংলীবনী।"

হন্দক্তী ঈসোরীদু খুমদ্রে। মমায় ওম্বোক্লগা তুমীম্না হীপঞে। লোকেনস্থ
ভাইহাক লৈরম্নগা চর্চতা চৎঞে।

হল্লকপদা পাস্তরনা সেম্বা প্রভুগী থৌজাল ঈরীক মহীদু পুরকঈ।
নহান্দস্থ থকপ্রবনী। থকনীংদনা থকথীবতুনরা কাম্নবা ফংথীদে। ওসীস্থ
থকউ হায়বা য়াদ্রে। মাবু লায়েংহনগনী হায়বা মাঈবতু কৌবীয়ু নত্রগা
ঈম্ফাল থোকপ্রসী। মফমসীদা মোংফম ওঈনীংদে। মসীনী ঈসোরীগী
অরেপ্পা রাখল। লোকেন্দু মকোক নোন্থৈ। মখুৎ লোম্লে। থাজগনদবা
মাগী মুপীবু ভাকপীনবা প্রভুদা পার্থনা তৌঈ। থেমজীল্লতুনা হায়—"ফরে,
নংনা ঈম্ফাল থোক্লসী হায়বতু ঐ য়ারগে। অরোয়বা ওঈনা প্রভুগী
থৌজাল ঈরীক অসীদংদী থকউ।

ঃ কৈদৌঙৈ চৎতোঈনো ? মতু হান্না হায়খো।

ঃ মাঈবতু ওসী লাকপা য়াঈ হায়রকঈ। হয়েং ফাওবদং য়েংলগা লাক্তু বদী
মথংগী মুমীৎতুদা চৎলসী।"

ঈসোরীগী মায়থোংদা হরাঙু হুংঙাঈবগী মমী তারকঈ। লোকেমা মখা অমুক ভাঈ—"খোঁজাল ঈরীঙ্গু থকচীল্লো। অনাবহ্ন সোয়রনা হদানী খন্না থকউঁকো। মহু থকলগা নদাঙু খন্না কনখৎপহু য়াঈ। অহুম তৌরবদী ঈঙ্কাল থোকপদা খুদোং চাগনী।"

ঈসোরীনা মহীহু যাউম অমা থক্লগা হুগৎলহুনা হায়—"ভমহু লীনী কৈমেদা তৌঈ। নহাক থকখীবহুগা মায়দে।

: অনাবগী হীদাক হায়বহুদী অহু ঙাক্তনী। অহাও অথুমগুরদী কদাইদগী তৌরনী।" অরেম্বা মহীহুনা য়েংলগা হায়—"থকঅদী অরেম্বহু লোয়না থকচীল্লোদনা।

: ঐনা চানীং থকনীংঙ্গীবসী নংনদী খংদবনীমা চাউ থকউদা মহায়। ঐদী ঈসীং য়াউম অমা থকপদা খৌরী চবমসী ফুন্দুনা সীদৌরে।

: নংবু ফহন্নী.বদগী হায়রীবনী। থকচীঙ্গো মথাক থমহৈদবনী।

: থক থকঅগোসে।" য়ামা য়ানা থক্লগা মখা তারকঈ—"য়ুম চৎলদোলীদা থোরে কৈথেলদগী পোৎ খরা লৈসীনবীক্তরো। যুরীৎ, ঈন্নফী, সাঙীন অতৈহু লৈরকঙিকো। হুয়েং য়েনবদা খুংনরোঈ।"

পোৎ লৈরুনবা লোকেন্দু থোরকলে। ঈসোরীনা মহীহু লোযনা থকখীবহুদা মহাক হরাঙুঈ। মমাংদৈদগী য়েৎনরকপা মরৈহু ঙসীদা মানা মায় পাকপঙ্গম তৌরে। মতম অমদা মানা ঈসোরীদা পাউতাক পীখী—"হৈনরবদী চানীংবা অচা অথক চাবা য়াঈ। পামলবদী সেৎনীংবা ফীজেৎ সেংপা য়াঈ। চাউখৎপা মীগী ধর্ম্ম চৎপা অহুগা মালেমগী ঈসোরসু ওঈরবা ঈবুংঙো মাবু নীংবদা করীসু কায়দে।"

ঈসোরীসু মাগী য়ানীংদবহু ফোংদোকঈ—"মহুদা ঐ অথীংবা পীদে। তৌবদী তোঙানবা লম অনীগী চীঙ্গাক মান্নবা য়ারোঈ। ঈস্কীমোঙ্গী ফীজেৎ সাহারাগী মীনা সেংপা চুনরোঈ। ঐথোয়গী লোনগা প্রভুগী লোনগা খেন্নে। ঈরোল খংদবা ঈসোর মঙোন্দা ঐনা হায়জবদা য়াঙ্গক থোঁজান্দু নাথৈননা পীনবীরকনী।

: ঈসোর হায়বসীদী মনাঙ্গী পুক্নীংগী অপাম্বহু খংবীবনী; মীৎমা য়েংবন্দা নীজরীবহু খংঈ।

ঃমসা হীংলৌগদা য়োম্নকপদা লাঙৈরবদনা অসীগুম্বা লমদম অমা লৈরী হায়রবা খংখ্রবা ঈরমমসীদা প্রভুনা হোজীক লাকপীহনা থোজানবীগনী হায়বসী ঐদী থাজদে।

ঃমতু হায়হ্নবা নংবো। ঈসোরদী মকম খুদোংগীনী। মী পুম্নমক্কী নী?" নুমীৎতুগী মরৈদু অমগী অপাম্বদা অমনা অয়েৎপা পীনদবা হায়বদা তেসীন্নখী। হন্দক্কী অসীনা অহানবা ওঈনা লোকেন্না য়ানখীবতু থুগায়বনী। ঈসোরীগী মসা ঙমদবতু মানা খুদোংচাবা লৌবনী। পুক্নীং অনী লোদনা নীংজরীবা প্রভুহনা অস্থুনা তৌরীবসী য়ারীদ্রা? পাপ লংসীনবা কৌদবজাংলা?

পোৎ লৈবা থোরকপা লোকেন্দ্র পোৎশী লৈদনা কদায় কদায়দনো চৎতুনা মতম হোৎহনদ্রে। মসাতু চোকথরবদা মযুমদা হল্লকঈ। খৎনবা অমা থোক্লুনা হুকান পুম্বা থোং লোন্নখীবনা পোৎ লৈরক্লে। খুমলগে থন্না মযুম চংলাকঈ। অরানবা সেমজিনবা পাউখুমতু খুমদনবা মাগী প্রভুনা সীনবীবমাল্লে। থব্রায় য়াওনা পোৎ তপচবীবা মহাক্লুনা পোৎসীংতু থৌরাংনা ঙাঈবমদ্রে। ফমাংদা উপা তারী। পাখৎনা চংসীল্লী। মসা পায়হনা য়েংঈ। মানা চীংনরীবতু অচুম্বা ওঈরে। চেনখীহনা পাস্তরদা পাখৎনা পাউতু তমজে। পাস্তরনা মাবু থেমজীনরী—"ৱাগদবা নত্তে। চাউথোকচগদবনী। প্রভুবু লৎনবী ঈসোরীতু তাঈবংদা থম্বা চুমদে, ঈশা ঈবুংঙোগী মনাক্তা থম্বনা ফৈ খন্দুনা সর্গদা পুখ্রবনী। মথংগী য়াঈফবা মপোক্কীদমক ঈসোরীতু চৎখ্রবনী। চৎলো হকচাংতু কাংখদা ক্কী কুপ্লগা থমলম্মু। ঐস্থু লাক্কনী। হংচীৎ ঈম্ফালদা পুরগা লৈরোল চল্লুবসী।" ৱাদনবা পাউতাক মযাম পুবগা লোকেন্দ্র থোরকঈ। অহাংবা অমদী অতুম্মক লৈরে। মসীম্না থম্মোঈদা কপনীংবা পোকঈ।

পাস্তরনা সেম্বী সাবীহনা ক্রোস য়াওরবা, লৈ-মা লৈতেংলবা কুপা ঈসোরীগী হকচাংতু হাপ্লগা জীব অমদা পুরক্লে। চেক পোত্তনা মরাং কায়রবা লমৌদা লাকপতু মখোয়দদী চেক চেকসীন্না তৌবীরক্লে। জোম জোন লাওবা ফীজোল সেৎপা, ঙক্তা ক্রোসকী লীক সাবা পাস্তব উবদা কীব্রা থংদে। মনম নমলবা, মহী চেহ্নরবা অসীনা হকচাংতু হাঈফেক্তুং হাঈদোক্রগা য়েংঈ। চৎলো হায়।

ঈম্ফাল য়োৎবদা মরী মতা ময়াম্না ওাঈরম্মী। হাম্না কপরবা নুপী-সীংত্থু কপ্পা হেনগংলকঈ। পাস্তরত্থু লাংতক্লবগুম উঈ। লৈরমলীবসীংত্থুদা অথীংবা পীরকঈ—"নন-খৃস্তীয়ানসীংদী হকচাংসী সোকপীগনু। অচৌবা পাপ পুগনী।"

ঈসোরীগী মবুং ওইরমাল্লে, সাউনা চংসীন্দকঈ। কুত্থু পায়রগা হায়—"খৃস্তীয়ান চৎতবী ঈসোরীবু মবুং ঐনা সোক্লীবসীনী। ময়ামত্থু সোকপা য়াঈ।" লোয়নরকপসীংদা হায়—"অঙাংসা লাও। কুসী ঐখোয়গী গারীদা হাপকৎসী।"

ঈং তপ্পা মানবা পাস্তরগী মায়থোংত্থু সাউবগী মমী তারে। তৌফম থংব্রত্থুনা লোকেন্দা ঈনসীল্লী—"নংগী নুপীনী। নংগী অপাম্বা তৌগদবনী। প্রভুদা পাপ লংসীনবত্থু নংবু খক কৌব্রবরা? হকচাংসী মৈ থাবা হায়বত্থু প্রভুদা লংজবনীনে।"

লোকেম্না কীনা হায়—"পাস্তর। মহাক ঐগী নুপী ওঈরবস্থু মাদী খৃস্তীয়ান চৎতবনীনা মৈ থাবদা করী কায়বগে। খৃস্তীয়ানসী মাদী য়াখীদবনী। ঃ অত্থু ওঈরবস্থু ঐনা য়াদে হায়রীবসীনী।" ময়ামদা ওনসীল্লগা কীহল-লকঈ—"ময়ামস্ত নমত্থুনা হবচাংসী পুনবা হোৎনরবদী পুলীস তাক্লুনা ফাহনগনী।" পুলীসপু তাক্লবদী পাত্তরনা সোয়দনা ঙমখীনী। পুলীস হায়বসীদী অথেনপোৎ কৎলগা খুরুমজবদা লেপ্পা থৌজানবীবা ঈসোরগা পাংথকনী। কুঈবা কান্নদে থংত্থুনা ঈসোরীগী মবুংত্থুনা সাউনা কু মথক্তা থমলীবা ক্রোসতু পায়রগা পাস্তরদা কনগে তৌঈ। ময়াম্না থাম্মী। পাস্তরগী মীচং য়াওদে। লাক্লীবসীংত্থুনা ঙমলে। অসীবা হকচাং য়াওরবা কুত্থু পুখ্রে। তীঙক তীঙক পুক্লীং নুংসীনা চংশ্রীবসীং অত্থুদা লেপত্থুনা য়েংহৌঈ।

পোৎলোঈবগী হকচাং থাবকদা, হকচাং মনুংদা মচীন কীরবা প্লাস্তীক থাও মচা ফনা য়াম্না য়াওরবশু মীয়াম্না থেংনরে।

তাং ৩-৬-৯৬






—লোয়নবা—